# ꯃꯩꯇꯩꯂꯣꯟ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯒꯤ

# কংলাশাগী চীরঙ্গা



**ঙাকেশো মুকশন**

[illegible]
সেক্রেটরি,রাইটর্স এসোসিয়েসন,ককচিং

# কংলাশাগী চীরক্তা

কুঞ্জকেশো মুকশন

রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং

KANGLA SHAGEE CHEERAKTA
(A Colection of Manipuri Poems)
Written by: Mayanglambam Kunjakesho Mukshan

Published by: Smt. Mayanglambam Ongbi Ibecha Devi
On behalf of the Writers' Assn.,Kakching



কংলা শাগী চীরক্তা

মণিপুরী শেরেং

অইবা: ময়াংলম্বম কুঞ্জকেশো মুকশন

ফোঙবগী চহী: সেপ্তেম্বর,২০০৬

লাইরিককী মমল: লুপা ৭৫/-

ফোঙবদা পুথোকপা লাইরিক মশীং: ৫০০/-

# কচ্চবা

ঙসিগী তংদু লৈতাদ্রবা,
খোইরাং খোইশাওনরবা
খুন্নাইসিগী মীয়ামদা
কচ্চরি ঐগী অহানবা পুখোকচবা
"কংলাশাগী চীরক্তা" ।
মীয়ামগী য়াইফনবনি
খন্দুনা হৈত-হৈত্ত পুখোকচবা
খুদোলনি খনবীদুনা
লৌশিনবীয়ু মীয়ামা ।

কুঞ্জকেশো মুকশন

# ঐগী শৈরেংশিং

ইং কুমজা ১৯৯০ অদুবাইদগী হৌনা ইজখিবা শৈরেংশিং খোমজিন তাশিঞ্জদুনা অহানবা ওইনা পুথোকচবা লাইরিক্তি "কংলা শাগী চীরক্তা" । শৈরেংশিং অসি ইখিবগী তারিক মফম মরা খণ্ডজবা নতে । শৈরেংশিং অসি অয়াম্বনা কবি সম্মেলনগীদমক খন্দুনা ইখিবনা অয়াম্বনি । ঐওন্দা লাইরিক ইনিংবগী অকনবা ইথিল পীখিবদি রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং-নি । এসোসিয়েসন অসিদা য়াওজবদগী, অইবশিং, কবিশিংগা ৱারী তোয়না শান্নজবা ফংখিবদগী ইনিংবগী ইথিল পূক্লিংদা ফাওরকখিবনি ।

ঐগী শৈরেংশিং, মীৎনা উরিবা, নাকোংনা তারিবা হৌজিক হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজগী ফিবম্শিংদা যুম্ফম ওইদুনা ইজবনা অয়াম্বনি । অসুম্না ইজখিবা ওইদুনসু ঐনা কনাগুম্বা মীওই অমত্তগী মফমদা শীঙদুনা ইজবা নত্তে । ইমা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল খরদংত ওইরবসু পীজগে খঞ্জদুনা মীয়ামগী মফমদা খুদোল তৌজবনি ।

কুঞ্জকেশো মুকশন

বীরমঙ্গল মোইরাংথেম
সেক্রেটরি, রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং

এম:ডি: প্রেস ব্যুলদিং, অজাদ টকিজ রোড
পি:ও:ককচিং-৭৯৫১০৩-মনিপুর

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

শ্রীময়াংলম্বম কুঞ্জকেশো সিংহ (কুঞ্জকেশো মুকশন)না ইবা শৈরেংগী লাইরিক "কংলা শাগী চীরক্তা" মীংথোনবা অসি অইবগী থৌনা মতিং ফুদোক্তুনা ইবনি। লাইরিক অসিবু রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিংগীদমক অইবগী লোয়নবীনা ফোঙবীবগীদমক এসোসিয়েসন্না ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফাওই । অসিগুম্বা থৌনা লৈবী কয়া অমগী মফমদগী এসোসিয়েসন্না তুংদা লাক্কদবা অইবা কয়া শোয়দনা পুথোরক্কনি হায়বগী আশা তৌজরি ।

(বীরমঙ্গল মোইরাংথেম)

# শৈরেংশিং


| | | |
|---|---|---|
| ১ | ময়াং ওংবী মণিপুর | ১-৩ |
| ২ | কংলাশাগী চীরক্তা | ৪-৫ |
| ৩ | কাওলুপকী ইরাংদা শিগ্রবা নখোয়গী | ৬-৮ |
| ৪ | ঐখোয় চীংদা কারুসি | ৯-১২ |
| ৫ | নীংলুগী পিরাং | ১৩-১৫ |
| ৬ | ঐখোয়বু পূকচেল শেংলবরা | ১৬-১৮ |
| ৭ | খেন্নবনা করিনো, খায়রিবনা কনানো | ১৯-২০ |
| ৮ | খুনিং খুম্মাং | ২১-২৩ |
| ৯ | খাংভুথকী পূন্সি | ২৪-২৬ |
| ১০ | য়ুম্বাল্লোনি য়ুপানবা | ২৭-২৮ |
| ১১ | য়ুদা থৌবা অথৌবা | ২৯-৩১ |
| ১২ | থবানমিচাক মথীদা | ৩২-৩৩ |
| ১৩ | এ:কে: পিচকারী | ৩৪-৩৫ |
| ১৪ | নুপীগী ই.হ্রুং ঙাক্লবা | ৩৬-৩৭ |
| ১৫ | হ্যমেন বোম | ৩৮ |
| ১৬ | কনানো হায়য়ু শকখঙদবা | ৩৯-৪১ |
| ১৭ | কুমগী নে:ং | ৪১-৪২ |
| ১৮ | মীশাগী চুঙ্গোই | ৪৩-৪৫ |
| ১৯ | ঐখোয়গী ময়োলসে | ৪৬-৪৭ |
| ২০ | মৈরা পায়বী চবান চাবী | ৪৮-৪৯ |
| ২১ | সেকমাই তুরেল তোর্বান্দা নেতা ইরাবত কপ্পুহৌই | ৫০-৫৩ |

| | | |
|---|---|---|
| ২২ | হন্দোকপদা ৱাবা লম্বী | ৫৪-৫৫ |
| ২৩ | লৈরমগদ্রা 'সিগুম্বা | ৫৬-৫৮ |
| ২৪ | শীনরিবা মরাল | ৫৯-৬০ |
| ২৫ | কুমগা লাইগা পাবনি | ৬১-৬৩ |
| ২৬ | সেকমাই তুরেলগী সনাখোনবী | ৬৪-৬৬ |
| ২৭ | মনাও চীং | ৬৭-৬৮ |
| ২৮ | চাউখৎলে খল্লবা মতমসিদা | ৬৯-৭০ |
| ২৯ | মতমসিগী বন্দ | ৭১-৭২ |
| ৩০ | অহুমশুবা লাম্মী | ৭৩-৭৪ |
| ৩১ | সুনামি | ৭৫-৭৬ |
| ৩২ | কাইনগী থৈবোং ময়ি চংলমাল্লে | ৭৭-৭৯ |
| ৩৩ | মপুগী খুশেম | ৮০-৮২ |
| ৩৪ | নীংতম্বা | ৮৩-৮৪ |
| ৩৫ | মতমসিগী যবন | ৮৫-৮৭ |
| ৩৬ | পাম্মী নুপীদ নত্তে নুপাসু | ৮৮-৮৯ |
| ৩৭ | শেলগী মমায় অনি | ৯০-৯২ |
| ৩৮ | লাইসেল্ল কিল্লর | ৯৩-৯৪ |
| ৩৯ | অশেংবা ইমা লৈবাক | ৯৫-৯৮ |
| ৪০ | থিরিবনি | ৯৯-১০১ |
| ৪১ | মীনা শা ওল্লকবদা | ১০২-১০৭ |
| ৪২ | ইমুংদুগী লায়না | ১০৮-১০৯ |
| ৪৩ | হে লাইরবগী কৃষ্ণ | ১১০-১১৩ |

| | | |
|---|---|---|
| ৪৪ | মৈতৈ পূং | ১১৪ |
| ৪৫ | ঐগী মরূপ কলম | ১১৫-১১৭ |
| ৪৬ | শাপ ফংলবী মণিপুর | ১১৮-১১৯ |
| ৪৭ | কাউন্টর ইন্সরজেন্সি | ১২০-১২২ |
| ৪৮ | ক্বিত নোটিশ | ১২৩ |
| ৪৯ | নুপীদা অহেনবা শক্তি পীদ্রিবৈ | ১২৩ |
| ৫০ | ক্রিমিনেল পোলিটিক্স | ১২৪ |
| ৫১ | লমদমসিগী চংনবী | ১২৪ |
| ৫২ | মুকশন লান্নোং, কোক্কী য়াওল | ১২৫-১৩০ |
| ৫৩ | হুন্দোরকপা শক্তি | ১৩১-১৩২ |
| ৫৪ | ঐখোয়সু মীনি নখোয়গুম্বা | ১৩৩ |
| ৫৫ | চায়াম পোকপী ইমা | ১৩৪-১৩৬ |

# ময়াং ওংবী মণিপুর

অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা
ভারতকী নোংপোক  চিদাইদা
ইংনা চীক্লা ঙাল্লিবী
মণিপুর কৌবী ঐহাক্কি;
কৌনিংবা কনা অমনা
ভারতকী মণিসু কৌই ।

চীংলৈবাক্কী কুমারী
ইনীং ইখা তৌবিনী
মলেছগী মতমদা
লৌশি লৌকল তৌদুনা
য়াওং ইনগে তৌরম্মী
পামজদবা ঐঙোন্দা ।

নোংমগী নুমিৎ অমদা
দিল্লীগী ইবুংঙো লৌশিংবা
শেঞ্জাও পায়বা তৌওম্বা
শিলোংবু য়েংসি কৌরকখি ।
নুজা ওইবী ইহৌশা
যৌবনগী মতম ইরাং লাং

## কংলা শাগী চীরক্তা-২

ইশুং ইমান্নবিনি খন
কনামত্তা তাকলমদ
শিলোংবুদি য়ৌরক্লে ।

শিলোংগী দৃশ্য য়েংদুনা
পৃক্লিং ওাইহাক পেৎলিঙৈ
বঙ্গলোরোমদা কৌরকখি ।

থোঙলোন তরেৎ লোম্লবা
কনা খঙদ্রবা কাদুদা
চলাক হৈরবা মহাক্লা
নোংমৈ শক্তুনা নখীরে ।

উপায় লৈত্রবী ঐহাক্লা
ও-খোংদুনা কপচখি
কিরে খঙলবা মহাক্লা
অথেম ঝাহে হৌরক্লে
নাপ-চীক্ল ওংলক্লে ।

অকি তুজুং পাখৎনা
হোংইগী নাতৈ কাংদ্রিঙৈ
অহিং অমদা জাৎতাবা
মীকুপ অমদা মৌওইবা
রাক্কস বিবাহ তৌদুনা
মঙোন্দা জাৎপু তাথ্রমাল্লে ।

## কংলা শাগী চীরক্তা-৩

মমিৎ য়াম্বা তূরোনবা
কদরচাওবা কোইজোম্বা
মশাফবা চয়ামপোক
ভুম্মাই পোৎমা চারিঙৈ
মচানা শংবাই পোকশিল্লে।

পাঙ্গল চাওরবা কান্দদি
মপা লৌবা মচাশিং
ব্রারক ব্রায়েল থুংদরে
নচা পোকলে খঙলগা
নচা য়োক্কনি কাউবরা
তৌঙম্বা নংবু লৌশিং চাওবা।

মরিংগী হূইবী চাজেনবী
অরেম্বনা চাকলেন ওই
অমাংবনা পুকথনবা
মপু নীংবা হূইগুম্না
শাগৈগী ইজ্জৎ ঙাক্লবা
নঙগী ঙমখৈ কম্নবা
ইচু ইরাই কোকপমখৈ
লেপচরিবা ঐহাক্কি
ব্রাবদা লোইরে ঐহাক্কি
ময়াং ওংবী মণিপুর। □

## কংলা শাগী চীরক্তা

কংলা শাগী চীরক্তা নুমিৎনা তাগ্রবদা
হৌবা হেল্লকই নোংমৈগী মখোলতমক
কলমগী মচিন্দি ইপং ত পংলি।

খুদোংচাবতনা হৈনবী ওইরক্লবা
থকচিনবগীসু পেনবা নাইদ্রবা
মমায় লোঙলবা
অপ্পর ক্লাস, মিডল ক্লাস
তৌওম্বশিংদুগী মরক ফাওদুনা
চেল্লিবনি ঈচেলদু নীংখা-তম্বগী
চেল্লিবনি ঈচেলদু পামলিবশিংদুগী
ঈচেলদুদসু চেম্থরক্কনি তাল্লিবশিংদুসু
ফলগু গঙ্গাগী ঈচেলগুম
কিজবনা মতমগী ইরাংসিদা
কংলাশাগী চীরক্তা নুমিৎনা তাগ্রবদা।

শংবান্নরবা মালেম্মা
অশেংবা ইরৈবাক ওইরক্লবদা
ইরৈবাক্কীদমক হিংখিনি কাউদুনা
থবায়না পোম্বা ওইরগা
পীথোকপ্রবা পোত্তুবু নৌহৌনা তাল্লকই

## কংলা শাগী চীরক্তা-৫

ফংগ্রবশিংদুসু
হনজিন্না নিরকই
ব্রাংলিবা খুদিংমক্কীদি
য়েন্নবনা ফরোইদ্রা?
পোংয়েন-চাকয়েন ফজবা নিয়ম্না
কংলাশাগী চীরক্তা নুমিংনা তাগ্রবদা।

তাইবঙনা মীকপ থোকলমদাই
চরোইনা তেতু খোংবদা
কাক্কী লানপাউ চেনবগুম
হাপ্পীরো ব্রাহৈগী থব্রায়
পীবীরো সূরগী তান্থা
ওন্নীংলবা চক্কাসি
মতমগী য়াওলদা
করিগী লৈথোক্লি নীংঙমদনা
হে তাইবঙগী শৈশকপশা!
কংলা শাগী চীরক্তা নুমিংনা তাগ্রবদা। □

# কাওলুপকী ইরাংদা শিগ্রবা নখোয়গী

কাওলুপকী ইরাংদা
শিগ্রবা নখোয়গী
অপাইবা থবায়শিং
হল্লকখো তাইবঙদা ।

পেলহৌদ্রবা পুন্সিগী
নাইতোম তার থবায়শিং
খোংলিবরা নখোয়না
চীংনুংদনা তাম্মা ওই
লোকনুংদনা হারিগুম
তেংথা নাওই শুরদা ।

ওল্লবরা নখোয়সু
চীংগী খুনু থারীকপী
লমখুনু শক্তম লৌদুনা
শাখপ তোয়বা নতৌনা
ঐগী লম্বী থংলিবা
পামেল উশাদা তোংলগা
নখৌ পোওনা খোংলিবা
হাদা চেক্লা নুংশিবী
শেংন খায়ন বারীনা
করি মপাউবু তল্লিবা ।

## কংলা শাগী চীরক্তা-৭

তাইবঙ মীরক্তি তিনঙমদ
চীংমাই অমদগী চীংমাই তম
চীংলৌ খুদিং চাক্তাবা
উজাও খুদিং য়ারেকপা
কাঙলুপকী ইরাংদা
শিব্রবা নখোয়গী
অপাইবা থবায়শিং
হল্লকখো তাইবঙদা।

মঙলান কয়াদা লাক্লমবা
মালং ইপোমদ তাউদুনা
চদৎনরবা থবায়শিং
থকলো লাউ
চারো লাউ
তরা চদুম মেত্তুনা
থাদোকপীগে লাউ
খরায় থোঙ্গাল বাংম লান
থাদোকপীগে লাউ
নবুক থন্না চারগা
তন্না অমুক হনখো
মঙ্গ্রেম হাগ্রেম তৌরনু
অমুক নুংঙাইন পোখারু।

তাইবঙ মায়া ঈপাক্তা
কল্লক-মিহৌ মৈরিনা
কাঙলুপ মশেল হাৎনবা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৮

মচোই মচোই তানবা
পীনহৈবা মপুনা
অহকপা চৈরাক পীরক্লে
শান্তিগী ঈরিকসু খিকলক্লে
ইংবা হৌরক্লে তাইবঙসি
মপুগী লৈকোল নুংশিবা ।
যুগ কয়াদা শাংঙম্বা
শান্তিগী লৈরাং ফুকলকউ
তাইবঙ লৈকোলদা থারসি
স্বৰ্গগী লৈকোল শেমলসি ।

কাঙলুপকী ইরাংদা
শিগ্ৰবা নখোয়গী
অপাইবা থবায়শিং
হল্লকখো তাইবঙদা। ☐

## ঐখোয় চীংদা কারুসি

ঙসি খোমলেন মঙলান্দা
পাখৌ ইতাও নুংশিবা
ঙাপ্রুম চীংজেন্দা লেপ্পুনা
খূৎলাম তোয়না কৌরম্মী
ইতাও নাক্তা য়ৌরমদাই
লমজাউ খোনবা মালঙবা
ঈকং থাগী লম্মৈবু
মায়গৈ খঙদনা হুমলকপা
চেনফম তৌফম খঙদনা
ইতাও ! ইতাও ! কৌনবা
তাইবঙ ফাওনা কৌরম্মী
করি থোক্লগবা ইতাওদু ।

পোইনু লৌরোক লোইরগা
খোঙ্গং খুৎকং কালদুদা
লঘাই-ইম্ফাল খোঙবু ওই
চেঙপোৎ-চেঙজেন শেন্নসি
ঙারী পরেং অচুম্বা
হেন্তাক চক্থু অহাউবা
ঙাপ্রুম থুপলেং চবুলশিং
পাখৌ ইতাওগীদমক
খুন্নাকপা ইপাগী খুদোলপোৎ

## কংলা শাগী চীরক্তা-১০

চহি কুমজা যাম্লক্কে
চেংলৌ শক্তমশিং উরক্তবা
ঐখোয় চীংদা কারুসি ।

ধর্ম্মনা মীৎয়েং তামদ্রিঙৈ
রাজনীতি পনবু খাদ্রিঙৈ
অর্থনীতি কুয়োমবু হাইদোক্লা
পাথৌ মশক খণ্ডহৌশি ।

মন্ত্রী চীরোন নমথিবা
ফম্লাইবা মীচং খোম্বশিং
সৈতাল ময়ামসি লাক্লিঙৈ
ঙাইগী য়ুমদা থুংহৌসি ।

পূকলৌ ব্রারৌ চাউদ্রিঙৈ
খুল্লাকপা ইপাদা তাক্লগা
চীংবুরোই তম্বুরোই কোম্নবা
অনৌ অপেন লাম্লনবা
ঐখোয় চীংদা কারুসি ।

খোংজাইগী আলুম অহাওবা
মরিংগী অমেৎপা মচু তাই
খোইবু য়োংচাক মীৎতোংবা
ককচিং আলু মীৎঙাংবী
ঈরোনবা মথেল শেম্লুসি ।

খোঙ্গাংগী শোইবুম
পুমলেনগী ঙাক্রা

## কংলা শাগী চীরক্তা-১১

থাউদা চিবোন তৌরগা
ঙাংকোক্তা থোংবা চীংখৌ চাক
চাকশেন য়াংকোক্তা থিবদা
ককচেং চৎপগুম চৎলিবা
তরা লূকোই ময়ামসি
চীংমী-তম্মী পূন্ন ফম
মূন্না মূন্না চারুসি
ঐখোয় চীঙদা কারুসি ।

তাইবঙ লীচৎ অওইথোই
উন্নরগা খংনবা
খংনরগা চান্নবা
চান্নরগা নুংশিবা
নক্করুবা নুংশিবা
করম্নদি কাউগনি
চামিন্নবা হাওবনি
পুমিন্নবা য়াংবনি ।

ইপু ফুনাল তেলহৈবা
শিখপ য়াইকাপ হৈবনা
তরেৎনিগী লম্বীবু
মীকুপ অমদা চিংশিনবা
ঙন্নরোইদ্র নশুশিং ?
চাকমাং মথেল লান্নবা
নক্ক লম্বী অমতং
চীংমী তম্মী মরক্তা

## কংলা শাগী চীরক্তা-১২

নুদিংবায় লৈপুং ফম্মিন্না
অবা-নুংঙাই বারী শা
লৈত-লাইর মশেন্দা
শেংন-খায়না চামিন্ন
মাংলমচংকী মরীসি
তংফদ্রবা মরীনি
থদংপসু ঙমখিরোই
কল্লক-য়েংথি মীংয়েংনা
ঙমহনবীয়ু ঐখোয়বু
চীংমী-তম্মী মরীসি
হেন্না হেন্না চেংশিনবা
কুবীয়ুনে মপুও!

ঐখোয় চীংদা কারুসি। □

# মীৎলুগী পিরাং

অরাবা, অশাউবা, অচাকপদা
শিঙ্গুরকপা মীৎলুগী পিরাংদি
অচম্বা পিরাং নত্তেদো
অশাবা মীৎকী পিনি
প্রলয়গী মশক্তি ।

থম্মোয় কায়রবী নিঙোলগী
শিঙ্গুরকপা মীৎলুগী পিরাংনা
পঙ্খৌ মশাইগোন্দা তারগা
কাওরেল শঙ্গোল মরাই তাই
ফৌগৈ চেঙগৈ ময়েং তাই
হৈখোঙদা তারগা হৈপাল কংই
উখোঙদা তারগা উখোঙ মুৎলি ।

অসি খঙদবা শাফবা
তৌবা ঙম্মী মতাগুম
নিঙোল ওইবীবু ওৎপীবা
রাজ-লক্ষ্মীনা মীরাইবী
ওইজবা মপাল শাত্তেদো
নুংঙাইবা মহৈ য়াদ্দেদো ।

খুমন ক্লাকপা মীঙম্বা
তৌবা ঙম্মী মতাগুম

## কংলা শাগী চীরক্তা-১৪

মশা ঝাইশংদ্রবী পিয়াইনু
মপাম লমদমদা ইম্বোকপা
থম্মোয় কায়রবী মহাক্কী
ঝাশক পরৈ অকনবা
মপাবু ওম্বা মচা পোকচগে খন
মপু মানা খওগ্রবোই
চলাম্বা মচাগী হাকতক্তা
খুমন কাকপা মায়থীখি
ইমোইনু অহোংবী পুরকখি।

কুরুক্ষেত্র লান্না লোইশ্রবদা
মচা কায়নরবী ষণবীগুম
থম্মোয় কায়রবী গান্ধারী
অশাবা মীৎকী পিদ
জগৎ মপু কৃষ্ণ লৈন-লৈন
যদু শাগৈ তুমখিদো ।

লাঙ্গ্রবী সতী সীতাগী
অচাকপা মীৎকী পিদ
সনা লঙ্কা উৎ ওনখি।

অদুবু,
নুংশিবা, অপেনবা, নুংঙাইবদা
তারকপা মীৎকী পিদি
অইংবা পিনি
মঙ্গলগী খুদম্নি
পুণ্যগী মশক্নি ।

## কংলা শাগী চীরক্তা-১৫

খুমন চনু লাইরবী
মোইরাং চনু পোঙ্নেবী
খম্বু মচেগী পিনা
লাংওন মপূং ফানবা
তাইবঙ ফিদম ওইনবা
খম্বা মপাবু শেংদোকপী ।

রাজরবী ইমা মণিপুর
থিংবা ঙমদ্রবা পিরাংসে
অফবা খুদম ওইররোই
ঐখোয় পুম্না অমত্তা ওই
চীংমী-তম্মী পুল্লগা
ইমাবু অমুক্তা নোকহনসি
মীৎলুগী পিরাং কংহনসি। □

## ঐখোয়বু পূকচেল শেংলবরা

ডেমোক্রেসিগী মিংদা
লীশীং চৎপী গান্ধীনা ভোত খোমলি
পূর্ণ্য স্বরাজগী পাখোং চন্দুনা
যুমখোঙ যুমখোঙ খুদিংদা ।

বাশক সরকারগী মন্ত্রী
মনুং সরকারগীনা লুচিংবা
খাদিগী ফুরিৎখাওদু চোল্লকই
অমর ওইবশিং
নাকোইননা অমদু শৌগৎলি
লোৎন হৈনদবীদু কৌথোকলুই
মীমাঙদনা ফোংনা চৈ
মনুংদনা লোৎনা খাম্মী
নাউথেম ঈশৈনা প্রজাবু শুমহৎলি
ঐখোয়বু পূকচেল শেংলবরা ?

কোর্টকী রায়না
ওফিসকী ফাইল পুই
সিঙ্গল বেনচকী রায়
ডবল বেনচনা ককথৎলি
আইনগী মমায় শেঙ্গাওনা চুম্মী
লৈবাক্কী আইন

## কংলা শাগী চীরক্তা-১৭



উকিলশিংগী অমরাপুর
লেপ্তুনা চাইরি ঈশিং
অশাবা মীৎকী পিতনা
পোলোইদনা করি ওইগবা
হে ! লেমজা চানিংবশিং
ঐখোয়বু পূকচেল শেংলবরা ?

ফনেক শেৎপী নমথাং ইনবী
ইপানাৎ-ইপুনাৎ খঙদে চৈবী
কুরতা পায়জমা সনগ্লাস উপ্পশিং
মন্দিরগী ময়াইদা ভক্তিবু তৌশিল্লি
পৈসানা লেপ্পা মীগী মমল
তোল্লগা চাবা তলব
নোংদোনথক্কী লাইজনি খল্লি
বন্দ ষ্ট্রাইক্তা থৱায় লুপচৈ
অহেনবা তলবকী
অঙম তান্নবগী, অচুম্বা থিবগী
মথৌদি তুংওইনা ।

পুকচাক তানবশিং
ওইনা পুক পায়রগা
য়েৎনা এ: কে: লামলকই
হিংনবগী লানফমদা
ঐখোয়বু পূকচেল শেংলবরা ?
থৌনা ৱাৎপা, পূকচেল শেপ্পশিং
পায়বা ঙমদে অহিংসাগী খুৎলাই

## কংলা শাগী চীরক্তা-১৮

হিংসাদা চঙজফম লৌরকই
ওইজবা থিবা, পূকচেল পীকপশিং
মহৈদি তমনিংদে
অওনবদা পাম্মী
এম: এদা লোইশিনশি
জয়সু ওইরনি
ফেকসনগী মিংদা
সরেন্দরগী নামাদা
লৌখোং শেম্মী ঈতনা
ঈথে লৌখোংগী মহুত্তা
পোকঙমদনা পোকপা মীওইবা
হল্লকলরোইদবা পাম্মুরবশিং !

ঐখোয়বু পূকচেল শেংলবরা ? □

## খেন্নবনা করিনো, খায়রিবনা কনানো

বৃটিশকী মীনাই ওইরিঙৈ
নিংখা-তম্বগী লানফমদা
পুন্না থবায় কৎমিন্নখিবা
স্বরাজ ফংলবগী তুংদা
ভারত পাকিস্টান খায়দোকপা
হিন্দু মুসলিম হাৎনবা
খেন্নবনা করিনো, খায়রিবনা কনানো ?

হিন্দু মুসলিম ভাঈ-ভাঈ
রাম রহিম অমত্তনি
শেংলবা গঙ্গাগী তম্পাক্তা
হিন্দু মুসলিম হিংমিন্নৈ
রাম জন্মভূমিগী হাকতক্তা
লৈবাক ঝাথোক ওইহনবা
খেন্নবনা করিনো, খায়রিবনা কনানো ?

চীংমী-তম্মী ঐখোয়সু
ইমা অমত্তগী মচানি
অউ অউ হাৎনবা
মণিপুরী ইমাগী মচাশিং
নাগা মখ্রি লোঙবরা

## কংলা শাগী চীরক্তা-২০

কুকি মমৈ পানবরা
মৈতৈনা করম্না ওইরকপা
মৈহৌরোল বারীবু কাউবরা
খেন্নবনা করিনো, খায়রিবনা কনানো ?

লাউরি ভাগবত গীতানা
খেন্নবা লৈতে মীগা মীগা
য়েক্লবা লৈরোই মীরক্তা
ওইহনবা ওমলোই পোৎনসু
ওইহল্লি শুপ্নতগী অরানবা বাখলনা
য়েক্লহল্লি মীওইবা মশেল অমগা অমগা
খেন্নবনা করিনো, খায়রিবনা কনানো ? □

## খুনিং খুম্মাং

নুমিদাংবাইগী কান্দুদা
নুমিৎনা চীংয়া তমলকপা
তময়ানা কোরী চেনবদা
হানৌ চাবা শল্লুপশিং
ময়ুম মায়গৈ পাংলক্লে ।

পারি ইমোম চাউদবশা
নতু ইপোন পোল্লনু
ইমা লাক্লে থোরক্লো
মমাঙথোঙদু হাংলরো
মনীং থোঙসু থিংলনু
ননীং নথা তম্মা
চানীংবতা চাজৌ
কৈথেল ওঙ্মোক ময়ামসে।

মপু সনা কৈথেন্দা
কৈথেল শেন্দ্রাংনা শিন্দ্রিগৈ
করিগী বারুনি ঐখোয়না ।
কুম কাংবা চহি ওইরসু
বাইখোং লমজাবী শাদুনা
চেংগী চেংমাই চাগনি

# কংলা শাগী চীরম্তা-২২

ফৌগী ফৌমাই লৌগনি
খুৎফা মশক তাক্নুা
তোয়াই ইতিক খণ্ডহনগে ।

নোংপোক থোঙসু হাংলনি
নোংচুপ থোঙসু থিংলরোই
খাগী খামন য়ৌহনগে
শকমায়বা থিরুশি
লেংমায়বা খল্লুসি
চোই, তাং, পেদা ওন
ওইজ ওইথক থিরুশি ।

অসিগী মথং তাবদা
সুরমা তুরেল মরিল ইন
পদ্মা ইলিশা চারুশি
লৌশিং পাঙ্গল থিরুসি
ঢাকাদা খোঙহাইফম ওইরগা
সমুদ্র ইয়াইদা তাউরুশি
শান্তিনিকেতন কোইরুশি
নবদ্বীপচন্দ্র খুরুম্মুশি ।

মীতোপ মীরাম্নি খনগনু
মলেচ্ছ মরৌশিং চাউবগী
মহূ কনবা য়াইদুনা
মরিং-মরাং উহনবা
মুক্তি বাহিনি শক্তিনা

## কংলা শাগী চীরক্তা-২৩

লায়েং পথাপ চুম্লনি
মপা লমদমসু পুনশ্রে
মমা লৈবাকসু পুম্লনি ।

লৈথোক লৈশিন কোম্লবা
চাকহোন লম্বী য়াম্লবা
খুম্নিং খুম্মাং শেম্লসি। □

## খাংঙুথক্কী পুন্সি

মপুগী শিক্ষা অকনবা
তাইবঙ লীলা য়াওনবা
লমদম তাম্নবু পোক্লরে
কল্লক চাউবা তাইবঙদা ।

মতমগী খোঙলৈ অয়াঙবা
থিংবা ঙমদবা ঈচেলদা
চৎনবী পলবু লান্দুনা
লৈরাংগী লৈনম ফাওরক্লে ।

নহা ওইবা মঙাওথোক
পাখং ওইবা মশিনজাং
খোইমু ওইবা শাজত্তা
লৈরাং লৈহি চুপচনিং
নুজা থম্মোই হূনিংবা ।

তাইবঙ কনাগী মফমদা
কল্লক মাঙদা চাংদাবা
য়েক্ল মফমদা মায়থীবা
তাগ্রব্রনে পাম্মুবী !
শরাক হৈবা কনাগী
শরৌ লাংদা থুগ্রবোই

## কংলা শাগী চীরক্তা-২৫

মীহাৎথীবা কনাগী
তমথীরবা মীহাত্তা
পূন্সি চেংজেল লোমলবোঁই
শাবী ইনেম মচাও
নুংশি থোইনা পাম্মুবী
কল্লকইদা পাম্মুইদা !

শেৎন খায়ন মৈচাক্লা
থঙ্গোং লাবগী শক্তম লৌ
লাক্ল লাক্ল খোংদুনা
কঙাওননা পাইরিঙৈ
নিশান হৈবা শাদানবা
মচিন থৌরবা তেন্দুনা
থম্মোই ফাওনা তেন্দম্বা
মালেম নৈদা তারক্লে।

ঈঙাং পাকতক্লা ঈমু পামফেন্না
শরুং তেক্লা চোংলিবা
অরোইবা পূংফম ঙাইহিরিবা
লৈচিল খোঙনেৎনদুনা
অশি লমদম পাংথ্রবী
লৈচিল পোমাই হাংদুনা
অমুক্তদি য়েংলমখো
চান্নথোইবী নুংশিবী
নুরাইনেম মচাও !

পাখঙ চামনা শিরগা
লৈশা চামনা ঙাইনথেল

## কংলা শাগী চীরক্তা-২৬

মকুইগী নুংওন চীং
খুনু মিংস্না তাব লম
মিকুপ অমত্তা ঙাইরমখো
বৈতরণী তুরেন্দা
নদোম তরক লানখিনু
হৈনা নতুং ইল্লক্লে
নুংশি থোইবী পাম্মুবী !

মথংগী মপোক লাংওন্দা
তাইবঙ পৃন্সি নুংশাংবা
তাইবঙ মপুদা নিজসি
মপুগী ফানখোঙ পায়মিন্নসি
য়াইফরনু শাদানবা
মতম কৈদৌনুংদসু
থঙ্গোং জুরা হাৎনবা
নুংঙোল চিন্নোক্লরিঙৈ। □

## য়ুম্বাল্লোন্নি য়ুমপানবা

মরিংগী য়েনবা খোঙনেম্বা
য়েনখোং ফবা য়েনবানা
খোঙ্খাং হাপ্না খোংলকপা
চাগোক ফবী য়েনবীনা
মমৈ নিক্লা মরুম থেম
মপু কনাগী খুঞ্জিলনো
তাইবঙ কনাগী লীলানো ।

মখোং হুক্রুবা য়ুমবান্না
কায়নরুরবা অনীদো
তম্বা ঙমদে মীওইবা
নোংদম্বগী নোংদমখোল
মখোয়গীসু মতম লাক্লবোই
য়াহৌ থেঙলবা অহিংদুগী
কাউঙমদ্রবা থৌদোকশিং
নুং মহী চেনখ্রবোই
কায়রবা থম্মোই অনীদো ।

নোংঙাল্লকপগী থৌদাদা
মনা কয়াদা নৌখিবা
চাকলুক মচিগী ঙারৌদুনা
কয়াদা মশক থোকলিবা

## কংলা শাগী চীরক্তা-২৮

ঙাই অনিদুগী মলোম্না
চাংজৌ ময়েং তাদ্রিবঁগে
নৌজরিবা অন্নীদি
খোঙ্গুল হাপ্লুনা চৎনখি
অসি ওইরেকো
যুম্বাল্লোন্নি য়ুমপানবা। ☐

# য়ুদা থৌবা অথৌবা

য়ুদা থৌবা অথৌবা
মতমগী পাখং য়ুনুংশি
নোংমগী কুৎলাউবী ৱাৎপদা
নুংশি মৈচাক খাঙবগুম
য়ুগী মৈচাক ওইররি ।

য়োইবু য়োইহেন তাল্লিবা
শানৌ নহা পাঙ্গলবশিং
ঈশিং থকপা হৈরেদো
কুৎ লাউবীসু হৈরম্লে।
মায় থবী শাদুনা
পুক্লা য়ুপুক তাহনবা
চেংদৌ খ্বাঙনা চেংদনা
ফন্দৌবা শেগ্রাক্লা চেংশিনবা
কয়াদা ফজবা শক্তম্লো
মো মপীগী শাবানশে ।

শোরাৎ ঈশৈ হৌরমদাই
মন্দির ময়াই চঙলমদাই
ভক্তি প্রেম লৈনবা
কুৎলাউবী মাবু থিরকই
পাস তৌবগী খোঙফমসু

## কংলা শাগী চীরক্তা-৩০

ফেল ওইবগী তাঞ্জাসু
হৌন খঙবী কুৎলাউবী
তানজা য়েংনা ওকলম্মী
অরান মীচান নাইদেদো
কুৎলাউবীগী মফমদা ।

হালৎ খঙবী মতমগী
নুজা ওইবী কয়ানা
য়ুথক হৈবা পাখংদা
ষ্টেন্দর মিংথোল পীনরি ।

মাগী মগুণ থাবদা
চীক্লা মমল নাইবীনি
ফোংনা ময়াই কাবীনি
অশোনবা জগা য়েংলগা
তানজা চানা কাউরকই
কোক বেরা লৈবনা কোক্তা
খুৎ বেরা লৈবনা খুত্তা
অসুম্না
লেম্না খক মাঙদে ।

হৈথোই-শিংথোইবী কুৎলাউবী
বার্ত্তন তৌই লায়না খুদিং
কুৎলাউবী মশুংলাংগীদমক
অয়ুক-নুংথিল খাক্তনা
য়াহৌবদা চীনবু তেংলবা
কৃ-মরুপ য়াওনরে
এল: আই: সি: পোলিসি হাংখরে।

## কংলা শাগী চীরক্তা-৩১

মগুণ চেনবী কুৎলাউবী
কোলোয় মিংলেনসু য়াম্বীনি
য়ুবমখৈ থক্লগা য়ু কৌবী
কাহৎলগা কালৈ হায়বী
চাং খংনা থক্লগা
হিদাক্কি শিংথানৈ।

মীওইপোক্কী হকচাংশিং
ঈশ্বরগী মন্দিরনি হায়নৈ
য়ুবু য়ুগুম্না থক্কনুশি
হিদাক ওইনা শিজিন্নসি
পোকওমদবা মপোক্কি
য়ুদা থৌবা অথৌবশা ! ☐

# থৱানমিচাক মথীদা

থৱানমিচাক্কী মথীদা
ধুমকেতুগী মমৈদা
শঙাইশেনবু তোংদুনা
নতারোই ময়ামগা খুৎপু ওই
লায়না খুৎপু শেমদুনা
পৃথী লমদম পাংলকপী
এইদস কৌবী নহাকসে
নুংঙাইবা মীকুপ্তা চঙপ্রগা
অৱাবা মীকুপ্তা ফোঙলকপী
কলি সত্যগী লাংদাইদা
ধর্ম্মগী পংখৈ তাক্লীবী
ইখৌ লাংবা, খোয়রাংবা
লাংফৈ চৎপা তৃাওবা
খুৎলাম তোয়না কৌশিনজৈ
কৃ মরুপ শেম্নবা
ভৈরবীগী মশক লৌদুনা
মপুগী শিঙ্খা পাংনবা
তাইবঙ লীলা য়াওনবা ।

কোরৌ মশেক মঙাম্না
জীবগী শক্তি ওইরিঙৈ
থাজগী অইংবা মায়খোংনা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৩৩

পূক্লিং ইহুল তন্নিবা
সমুদ্র জ্বার কারিঁঙে
চাউফলগী ইশ্ঝোল চাইগোন্নুং
মৌগী ইপান নংনবা
থব্লায় নঙনা লাকপরা
থব্লানমিচাক মথীদা। □

# এ: কে: পিচকারী

এ: কে: পিচকারী
তান্ন-তান্ন কাপশিল্লি
অঙাংবা ঈনা অবেরনি
চহি চুপ্পা য়াওশংনি
তাইবঙদা ফংলোই 'সিগুম্বা লমদম ।

এ: কে: পিচকারী
ভিক্ষারীগী লমদমসে
নোংমৈগীদি লৈবাকসে
চীংদা কারে পৈসা খায়
তমদা কুমলে পৈসা মুল্লি
লম্বী চংলে ফারগা পুখি
ষন্নিংহনবগী লৈবাকসে ।

এ: কে: পিচকারী
ঙাইখো, ঙাইখো খুৎলেঙবা সিফাই
নঙগী এ: কে: মমাঙদা
প্রাণ পুবা ঙমজরোই
ত্রিগর তোয়না চিংবীনু
জক্কীং লৈবা লম্বীনি
জক্কীং খুদিং বোম্মা মেল্লি

## কংলা শাগী চীরক্তা-৩৫

তহা-তহা থৌবীনু ।

এ: কে: পিচকারী...

কাউওমদ্রবা এম্বুসকী লমন
শিংগে তেমশীংনরি
মীগী থবায় হূয়ানবশা
লেপ্লো পিচকারী
এ: কে: পিচকারী
মাওদা বোম, নাকলদা মীয়াম ।

এ: কে: পিচকারী...

লোইরে লোইরে অফসপা লোইরে
কনানা জয়বু ওইদৌরি ।

শোল্লু-শোল্লু হরি শোল্লু
শোল্লু-শোল্লু অলাহ শোল্লু
মপু মাগী মিংথৈ শোল্লু
লোইরমাল্লে কলি যুগসে
হৌরমাল্লে সত্য যুগশু
শোল্লু শোল্লু হরি শোল্লু
হরি বোল, হরি বোল। □

# নুপীগী ইজ্জৎ ঙাক্লবা

মরিংনা শাবা শঙবাইদি
নানা হাণ্ডুদ হায়নৈলো,
নিপা ব্রাৎলবা তাইবঙদা
নুপী ওইবীনা রাজলা
কবিদা প্রমাণ তৌগনি ।

মণিপুরগী নুপী খুন্নাইনা
ভিয়েতনামগী খোঁদৌদু
মাঙদা শং-শং উবকই
চীন থোকপাদি ভুমজ্জদ
নিংদোন পোম্বা হৌরক্লে

তাবিয়ু লৈবাকমচাশা!
নিপা ব্রাৎলবা খুন্নাইদা
নুপীগী ইজ্জৎ মাঙলক্কনি
নুপীনা পেন্দ্রবা সমাজদো
লৈখা তাবা শোয়দ্রবনি ।

হায়নবী শক লীশীং অনিফাও
য়ৌদনা কংগ্রেগদ্রা কীনরবা
তাংজবী উরীগী উপালশিং

কংলা শাগী চীরক্তা - ৩৭

চাকখংলকলিবা প্রলয়গী মৈরিলক্তগী
কলহৌরসি অঙম্বা শক্তি পুথোক্তুনা
নুপীগী ইজ্জৎ ঙাক্লবা। □

## হ্যুমেন বোম

মেচিন্না তম্লি মীওইবগী মতৌ
অদুগা
মীওইবনা শারি মেচিনগী শক্তম
মীওইবগী থবায়না
মৃত্যুস্বর ওইবগুম
মহাভারতকী কল্লবা লানফমদা
পেনখিদ্রবা, উপায় লৈত্রবা মীওইবনা
হ্যুমেন বোম্ব ওল্লকই ।

ন্যুক্লিয়ারগী চাউখৎলবা মতমসিদা
মালেম থুংনা শন্দোকখি
লম্মৈ চাকপগী মতৌনি
থাহে অমগী শুইনা
পৃথী উফুল ওলহল্লি
য়েক্লবগী য়েক্লবা
মরুপ শাগৈ খল্লুবা
য়েক্লবদুম ওইরকই ।
মতমগী শাথিবা খুৎলাইহিদি
মীওইবা কৌবা মিসাইলনি। □

## কনানো হায়য়ু শকখঙদবা

হায়নিংদনা হায়জবনি
হংনিংদনা হংলবনি
খাংঙমদ্রবা থম্মোয়সিনা
ব্রাহং চাম চামনি
ঙাইহিরি পাউখুম পিরোইননা
কনানো হায়য়ু শকখঙদবা ?

নোংমৈবু লোৎনা কাপলম্বা নঙবু!
মীগী থব্রায়বু লায়না লৌরিবা
যমগী করম্বা দুতলা মতমসিগী
সরকারগী করম্বা এজেন্তনো নহাকপু
করম্বা পার্টিগী মীওইরা নহাক্তি
অশিবগা অচঙবগা ব্রাফংনবদা
অচঙবতনা ঙম্মী খঙলবা.নহাক্লা ।

শকখঙদ মায়খুম উপ্পুনা
মমাগী মথাদগী মচাবু মুত্লিবা
নুপী কয়াবু লুখ্রাশিংদা চলহনবা
মিকপ মীরাওসি তাদব্রা নহাকপু ।
নঙ্গী ংলৈরগা ব্লোকেদ হাংলম্মু
নথৌনা লৈরগা লৌমীদা হার পীরম্মু

## কংলা শাগী চীরক্তা- ৪০

অদুদি নত্তনা
মপু মশক খণ্ডবা হূইগুম
হনজিল্লগা প্রজাদা নোংমৈ কাপশিনবা
ওনশিল্লগা শেনবু মুল্লিবা
কনানো হায়য়ু শকখণ্ডবা
নোংমৈবু লোৎনা কাপ্পম্মা নণ্ডবু!

মীবু মীনা হাৎলবদি
লাইনসু মীবু হাৎপনি
মপুগী চৈরাক কিদব্রা ?

লালহৌবগী সমস্যা
লোইশিনবা ওমদ্রবা সরকার
নোংমৈ পীগেরা
নত্রগা
লাইসেন্স পীগেরা ?
খাণ্ডমদ্রবা প্রজাগী খোল্লাউনি ।

পোকওমদনা পোকপা মীওইপোক
ব্রহ্মামক্তা কল্লকপা মপোক্কি
করিগী অদুক লায়না খল্লিবা।

মীয়াম্মা হৌরক্লবা সুনামী ইথক্লুম
কদায়দা লোৎকনি কয়াম কুইনা
শকখণ্ড মায়খুম উপ্পুনা নণ্ডনা
অশেংবদু হায়রো ?

অচুম্বদু চৎলসি!
কনানো হায়য়ু শকখঙদবা ?
নোংমৈবু লোৎনা কাপলম্বা নঙবু! □

## কুমগী নোং

নাকেম্থাগী মতুংদা
মপুগী শিন্থা কায়দনা
কালেন নুংশা অকনবা
খাম্বী মৈব্রাইরক্কবদা
লাইজ পুম্বা কংলেদো
মালেমসে লৈকংলা ওইহল্লে
লৈক্রক কারল চৎলক্লে ।

খাংঙমদ্রবা তাইবঙও!
নোংজুবী ইরাৎপা হৌদুনা
নোংলাও ঈশৈ শকলক্লে
পীনহৈবা মহাক্কি
নীরুদনা পীনবা
জুগনি নোংথাঙ ইঙ্গিৎ পী

## কংলা শাগী চীরক্তা - ৪২

### কুমগী নোংবু থারকথি।

মপুগী শিন্থা অকনবা
মকোক থোংনা য়াজবী
মৌনৌ লাকপী অনৌবী
মোংহাদবী অমগুম
থাংজিং চীংজাও লানলমদাই
চীংজাও ফিরু খুমলম্মী
লোক্তাক লাইজ ঈপাকথক
ঈশা মাপল লানলমদাই
থাশুরবী অমগুম
খোঙকাপ নাহৈ থাংঙমদা
পুকচোনবী লৈচিলগী শক্তমলৌ
লেংঙম শাঙমদা মতৌদা
ইমাই খেৎন পাইরম্মী।

মৌতোক চীংজাও লানলমদাই
চীংজাও ফিরু খুমলম্মী
হঙোই পীবা কুমদম্বা
কুমদম ঈশৈ শকলকই
লাক্লে লাক্লে হায়নবা
কুমগী নোংও চুথরে
মালেমপুম্বা মালহৌরে।□

## মীশাগী চুঙ্গোই

তাওলম্বা পোৎনা হোওলক্লবদা
মীশা কৌবা পোৎশক্লা
লেম পানা শিজিন্নরকই
মীশাগী বোম,
মীশাগী পল,
মীশাগী মৈরা
...

অদুগীসু মথক্তা
মীশাগী চুঙ্গোই
অপাম্বা মওংদা
মফম মতমগী মতুংইন্না ।

জিহাৎকী মৈনা পাল্লবা
মীশা বোমগী মমাওদা
ন্যুক্লিয়ার বোম্মা কৈদৌননি ।

মালেমগী পুলিস ওইরবা
ন্যুক্লিয়ার শক্তিগী মপু
হ্যুমেন বোম উবদা
হুমাং অনপ্পী কাজরি ।

নীংগে য়াওনা নীংলবা
উচুক্কা খম্ব্রাংচাক ওল্লকই
তমগে য়াওনা তম্বীরবা
মীচম্মা জিহাং ওইরকই
সুইসাইদ স্কারদোন শেমলকই ।

থবক খুদিং জিহাং জিহাং
নাকল অমদনা ন্যুক্লিয়ার বোম
নাকল অমদনা হ্যুমেন বোম
কাংবু কাংবু শেম্মরি
মালেমগী মফম খুদিংমক্তা
কল্লক য়েংথিবগী মৈরিনা মৈরায়রকপদা ।

লেপখো অমুক্তা লেপখো
হে! থম্মোয় পাল্লিবশা
মহাভারতকী অকনবা লানফমদা
মবুধৌ ভীস্ম মায়থীবা পীরমদাই
সিখন্ডীনা চুঙ্গোই ওইখিবগুম
লালহৌবগী ইরাংনা লাকহল্লবা লমদমসি
মীচম প্রজা ঐখোয়বু
মীশাগী চুঙ্গোইগুম শিজিন্নরিবা
মনুং সরকার, মপান সরকার
ঐখোয়সু মীনি নখোয়গুম্বা ।

ঝাহৈ খুদিং ইমা লৈবাক্কী
তৌথোকললকপা থবক্তা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৪৫

### কাংলুপ নাইবা, লম্নাইগী খনবা

পাউজেন্দনা প্রজাগী য়াইফনবা
শাজৎনা হিংচা য়াইতম্বগী
মমাগী মথাদগী মচাবু শেতৎপী
নুপীগী ইজ্জৎ তেমশীংনৈ
নুপাগী ইজ্জৎ মাঙহল্লি
ফিমু শেৎলি, সনা থৎলি
অশেংবা লৈতে, অচুম্বা চৎতে
শাশিন্নবনা পীক থল্লি
তৌশিন্নবনা বাই চাই
লিচৎ মান্নে, শাজৎ তিন্নৈ
মনুং মপান অনিমক
নোংমৈ পাইরবা, শক্তি শিন্নরবা
ঐখোয়সু মীনি, নখোয়গুম্বা।

পুন্না হিংমিন্নসি নুংশি চান্ননা
অদুগা ওইহনবদি য়ারোই
মীচম প্রজাবু
মমল লৈতবা
থবায় পান্দবা রোবোতকুম
মীশাগী চুঙ্গোই ! □

## ঐখোয়গীময়োলসে

ঐখোয়গী ময়োলসে
কয়াদা মরৌ চাউরিবা
অশিংবসু কোঙ্গায়নি
অহৈবসু কোকথোংনি
ফত্তবসু শৌ শাই।

মায় নানবা তা তোম্বা
নওনা লাকপা খুদিংদা
পীরমগদবদা মখল্লি
নওগী বাঙাং খুদিংদা
নুংশিবীরে খল্লুবা
চৎত্রবগী তুংদদি
অমাংবদুম শেংহৌই।

চীংগী ইপা খুল্লাকপা
তমগী ইপল তম্ফাজাও
নৌশিং লাংদ থুবশিং
খরবু থুনা শিপিয়ু
ঐখোয় নুংঙাইনা পানজগে
হায়জপনিদা! হায়জপনিদা!

কংলা শাগী চীরক্তা - ৪৭

তমগী ইবুং নুংশিবা
নচলগী থম্মোয় হূম্ব্রগা
লমদম কৈদ পাংব্রবা
চীংবুরোই তমপুরোই
ঙাই শেনবু ওইনবা
হল্লকখোদা, হল্লকখোদা।

চীংগী ইপা নুংশিবা
চীংলৌ অমা উনপীয়ু
উয়োক অমা হাপ্পীয়ু
নুংঙাইনা য়াইবী মরাংকায়
পান্নাও, শিংনাও তানবা
হায়জপনিদা, হায়জপনিদা ।

খোঙ্জের্জ পায়বা য়াম্বও
বাখল চুম্মা তৌবীয়ু
নঙনা মতোং চারগা
ঐখোয়দা মরু পীবদি
অচান মীরায় খায়বরা
লোইহজি লোইয়ানি খনবরা ।

ঐখোয়গী ময়োলসে
কয়াদা মরৌ চাউরিবা। ☐

# মৈরা পায়বী, চবান চাবী

অমুবা আইনবু থিংনবা
সিফাইগী ওৎ-নৈবা ঙাকথোক্লবা
খুত্তা মৈরা পায়দুনা পলেম মানবী ইমাশিং
মৈরা পায়বী থোকলকই খ্বাংচেৎ মচি লাওদুনা
মচা মৱা কন্নবা
নিশা, এইদসগী লাংদ থুখিদনবা
থৌনা ফনা লানথেংনৈ
অহিং মীশেল খাঙদুনা ।

দুর্গাদা শক্তি পীরগা
মহেশ্বর হিংচাবা হাৎপগুম
নুপীদা শক্তি পীরকই
সমাজগী অমোংপা শেংদোক্লবা
সরকারগী অশোয়বা চুমথোক্লবা

শাগী মথক লাইগী মখা
শক্তি পান্না মীওইবা
নুপা নুপী খায়রক্তে
শক্তিবু খুত্তা পায়রবা কাল
কল্লক য়েংথিবনা লাঙ্গোই চন
অচাওরম নাপল কানিংবনা

## কংলা শাগী চীরক্তা- ৪৯

ওইজ লাংবু থাকলকই
মৈরা পায়বী খরদি
মৈরা পায়বীদগী চবান চাবী
মৈরা পায়বীদগী নোংমৈ পায়বী
অসুম্মা মথং মথং ...
অহেনবা শক্তি পীদ্রিঙৈ
অথিংবা খর থমহৌসি
পর্দা সিষ্টেমগী মরুমদা
নুংগী ফজবা করি লৈ ? □

# সেকমাই তুরেল তোর্বান্দা নেতা ইরাবত কপহৌই

সেকমাই তুরেল তোর্বান্দা
নেতা ইরাবত কপহৌই
লমদমসিগী চংনবী
ঈ মশেল হাংনবা
খাইবু খাইবুং তানবা
চীংমী তম্মী খায়রিবা
অনিথোকপী, মশুংতাবী
মমিৎ পেন্না য়েংলগা
লোম্থোক্তবা বাহৈনা
খোঞ্জেল বাংনা লাউহৌই --
তাজসনু মতাগুম
খঙজসনু মওংগুম
নাপলনা ময়াই কাবশিং।

পাঙ্গোংনা মীতম্বা
কাইরেন কায়জাওদা হাপ্তুনা
মীয়াম হুপ্পা তেংথাবা
তাংবোদগী উংতুনা
সনা ফম্বাল লাংহনবা
লুচিং পুরেল হাপ্নীবা

# কংলা শাগী চীরক্তা-৫১

অঙ্কগী শক্তম লৌরিবা
অধ্যাত্মিক্কী অয়ৌবী থাক
করিদি ওইরে লৈবাকসিদা
ইরাং কৈথেলদ তাহনবা
ধর্ম্ম য়াওদ্রবা থম্মোয়শিং ।

পামজখিদে মহাক্তি
তাংবোদগী হল্লরুফাও
লাইগুম্নবা মিংথোনশিং
মীহৌগেসু খল্লুদে
সনা মপাক্ত হৎপীবা
লুপা ময়েক্তা থাবীবা
লৌমী-শিনমীগী খন্দ্রবা
লাইর-অনংগী য়েংদ্রবা
থাগৎ ৱাহৈ পুম্বসি
জননেতাগী মফমদা
হূ তরেৎকা পাংখক্লি ।

অহিং নুংথিল খাক্তনা
য়েংলি মীৎ কুপ্তবমখৈ
তারি মীকপ মীরাওখোল
ওৎপীরবা কয়াগী
নেতাজীগী মাঙমক্তদা
খামজবা ঙমদে মহাক্তি
পাম্বোম য়াওদ্রবা খুৎনিনা
চঙলুবসু ঙমদরে

নৃং চনখ্রবা হকচাংনি ।

ঙক্তা থৌরী থুরবী
খোঙদ খুরৌ থাংলবী
খোমলং লাক্লবী ষণবীনা
লাংজন থৌরীনা পুনশ্রবা
থাপ্লবা মচাগী মায়গৈদা ওন
হম্মা হম্মা খোংবগুম
সেকমাই তুরেলগী তোর্বান্দা
নেতা ইরাবত কপহৌহ।

লৈরমদ্রবা মুর্ত্তি ওইনা
কল্লমগনি নুপী ইজ্জং
থিংখিনি সিফাইগী মীওং
অমুবা আইনবু লৌথোক্লুনা
থেমখিনি খোয়শাওনরবা নহারোলশিং
থুগায়বীরো উফুল তানা
অকনবা নৃংঙৌগী মুর্ত্তিশি
হাংদোকপীরো য়োংকী পৌরোল
মীকুপশিদা ম্নৌগ্রগে
উপায় লৈজদ্রবা, নৈহৎপীরবশিংদুগী নাক্তা ।

হে! থৌজিল্লবা যাত্রিকশা
হন্নমুক্তা য়েংলমখো
ন্বাহে সিমতঙ্গসু তাবিখো
তন্বীরম্মু মরুপশিং
চীংমী-তম্মী খাক্তনা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৫৩

অচৌ পীশক খাম্নদনা
সেকমাই তুরেল তোর্বান্দা
নেতা ইরাবত কপহৌই।

সেকমাই তুরেল পুকফবী
মপুগী শিন্থা পাংলিবী
অবাং মায়গৈ ওন্দুনা
তীর্থগী শক্তম লৌরিবী
ব্বারী শীংবুল কয়ানা
তীর্থগী ইচেল ওইরীবী
তোরৈ খুদিং থেক্লা চেল
হিদেন খুদিং ফাওনা চং
য়োইবু য়োইহেন তাল্লিবা
শাবী শানৌ কয়াদা
তশ্বীরম্মু মপাউসে
লীবীরম্মু ব্বারীশি
সেকমাই তুরেল তোর্বান্দা
নেতা ইরাবত কপহৌই। □

## হন্দোকপদা ঋাবা লশ্মী

শূনিংদনা লেমজা চানিংবা
ঋানিংদনা নুংঙাইনা লৈনিংবা
কয়াম কুইনা চংকনি
শূরগা চাবা তাইবঙদা ।

খোঙ চোৎলগা
চীন চোৎলি
অঋাবা শংবাই
নুংঙাইবা লাইতং
লেম্না তাল্লুবা পৈসা
শাগুম্না মখোঙ পাল্লগা চংখি
ইজ্জৎ সনমানগা লোয়ননা ।

গুলী পাম্বা ইনাওশিং
কোক চাক্কল্লি কাউবরা?
অনৌবা ট্রেদ ফংনবা
মপান্দা মহৈ তম্লুবা
এস: পি: তেবলেত ফংলক্লে
মহৈ তমগনি চংশ্রগা
ময়ুম পাল্লগা হল্লক্লে।

## কংলা শাগী চীরক্তা-৫৫

ফোরগা ফাইভকা মচিন মনাওনি
ইনাকখুনবা মচা খরনা ফোর চাই
লাইরবা মচা খরনা লম্বী'দা চৎখি ।
চাক্রুরিবা নিশা
থাংজিল্লুরিবা খোঙথাং
চক্রব্যূহগী মশক্কি
হন্দোকপদ ঝাবা লম্বীনি । □

## লৈরমগদ্রা 'সিগুম্বা

থোং অমগী মথক্তা
থোং অমা থাই
অদুসু
পক্কা থোংগী মথক্তা
কচ্চা থোং উগী ।

সরকার অমগী মথক্তা
সরকার অমনা পাল্লি
মনুং সরকার
মপান সরকার ।

আইন্না অমনা পায়হৌরি
ওর্ডরনা অমনা তাউথরি
ইন্দবা ঙমদে, ঙাক্তবা য়াদে
অহকপা দণ্ডীগী মমাঙদা ।

ওজা অমগী মথক্তা
ওজা অমনা অমুক তাকশিল্লি
নোত ফাদবা ওজাদু
নোত তৌশিল্লি মখোয়না
পুথি চীংখোঙ, চীংয়া
পাংয়া, তময়া, লোইহিজি লোইয়া

কংলা শাগী চীরক্তা-৫৭

চহি অমগী তলবকা
পুন্সি অমগা মস্তিক্লদুনা
চৌকী দার অমগী মথক্তা
চৌকীদার অমা হাপ্পী
বোডি গার্দ অমগী মথক্তা
বোডি গার্দ অমনা অমুক য়েংশিল্লি।

অদুসু
খুৎচাবী খল্লগা
লৈবাকনিংবা ময়ামদুনা
অয়েংপা অপনবা পী
লৈবাক্কী চাউখৎ থৌরাংদা।
মপোক নুমিৎতি থিংই
মশা য়েকপদি পাম্মী।

চেঙনা অমগী চাই
বানা অমগী ঙাংই।

চীংদনা তোখায় তাবা পাম্মী
তমদনা নিং-খা তম্বা তাল্লি।

খাইবুং-খাইবুং তারগদ্রা খনবা চীংমী-তম্মী
য়াইহরিনা পুনগে থৌরাংলি
মতমগী লুচিংবা শাবশিং
পুকচেলদি ইশেপ শেপ্পদনা
পীকপ্রবা লমদমসিদা

কংলা শাগী চীরক্তা-৫৮

নোংমা কাংদনা থোক্লিবা
অকিবা, অঙকপা, তুজুংবা
থৌদোক বাথোক ময়ামসি
লৈরমগদ্রা 'সিগুম্বা
মালেমগী করম্বা মফমদা। □

# শীনরিবা মরাল

শীনরি মরাল অমগা অমগা
হুন্নরি মখোয় মশেল
অহৈ অশিং শাদুনা
ঐ মঙাইরে খন্দুনা ।

অশোয়বা অৱাংপতনা থল্লবা
মীওইপোক্কী পুন্সি খোঙচত্তা
জঙ্গলদা নাইতোম লৈঙমদ্রবা ঐখোয়না
সমাজগী মরক্তা করম্মা হিংলম্লীবা ।

মায়দা তৈরিবা কালী
মিংশেল থান্দুনা তৈথোক্লিংদে
লুখমদা পকপা অমোংপা
নাম্বদুনা লৌথোক্লিংদে
অদুবু
মীগী অশোয়বা য়েংলগা
খুবাক খুদুনা নোক্লবী
অশোনবা তানজা য়েংলগা
য়াখোঙ থুম্না চৈবী
খুদোং চাবা লৌনৈ।

## কংলা শাগী চীরক্তা-৬০

খুবাক খুনমগী পুন্সিদা
লাইর মচা শগোল ভোংবা তম্মু
ইনাক খুনবা মচা
ফৌসু চেংসু তম্মু
হায়নৈ
দশাগী মনাই মীওইবা
শিরগা শরূদা পিদাবা
করম্বা মীওইবগী শাজংলা?

চাউখং চাউখংলগা
চাউখং চাউখংলবা লৈবাকশিং
অচৌ অচৌবা মীওইশিংনা
অকি ভুজুংলবা মালেম
উক্কুল ওনগদবা
থবক থৌরম কয়াদা
অমগা অমগা মরাল শীনরি
অমনা শৌগংলি ইন্সরজেন্সি
অমনা শাগংলি কাউন্টর ইন্সরজেন্সি ।
পিকাশোগী অয়েকপগী শক্তম
মায়থোং অমদা মান্নদবা মীং অনী পানবগুম
ঐথোয় পুন্না হিংখিসিরা ?
নত্রগা
জঙ্গলদা অমুক হনগ্রসিরা ?
শীনরিবা মরাল অতোম্রশিংদা
কোকচবা ঙমলগম্রা নহাক্কী
লংজখিবা মরাল পুন্নদু ? □

## কুমগা লাইগা পাবনি

অশোকপদা লায়জৌবা
অকায়বদা ময়িচং
মৈরিকপীদগী মৈজাওবী
ঘোর কলীগী মতমসিদা ।

চীংদদা ম্লোকেদ তৌবা নত্তে
আকাশতসু ম্লোকেদ তৌবনি
ফুইনা হৌরকপা নোং
কুমগাং নোংজু তৌরম্লগা
মায়গৈ খণ্ডদনা মাঙখি।

খবরগী নোংজুপাউ
লৌবুক্কী লৈক্রক,
ম্লোক হূইগী অমাংবা
নোংগী পাঞ্জি লৈতে।

ঝুলোনগী তাম্বাদা
নোংসু ৰা-ৰা চুরকই
আকাশপানী নত্তনা
সরকারগী ইঞ্জিন্না কৈদৌনি।

রেডিওদা হার য়েল্লি

# কংলা শাগী চীরক্তা-৬২

লৌমীনা হার ফংদে
লৌবুক্কী ফৌশিংসু ব্লোকেদ য়াওরকই
হারগী বাথোক্তা
চরম মেৎনৈ মন্ত্রিশিং
মফম খুদিং ব্লোকেদকী ব্লোকেদ
মথংদা কাউন্টর ব্লোকেদ !

অবাং হাওনা ঙাওরকপদা
ময়ামসু পুল্লপ ঙাওরসিরা ?
হিরি কোনবা য়াওনিংদে
মোংবা হনবা হৈনদে
ঐনা মহেল্লি মখল্লি।

মমাঙথোঙ থিংব্রবদি
মনিংথোঙ হাংবা তাই
পরীক্ষাগী বাহং চেগুম্না
অতোপ্পা উপায় থিবা
মফম মতমগী মতুংইন্না
অমনা ওজাগী তলব থিংলকপদা
অমনা ডিজিতেল ফিলম থিংলকই ।

অমনা তেন পার্সেন্ত,
অমদুনা থারতি পার্সেন্ত
পদান হিদান্নবগুম।
হায়ফম খণ্ডদে, তৌফম খণ্ডদে
ও ! খোংনা কপচরি

মীচম প্রজা ঐখোয়দি ।

অবা নুংঙাই পুন্সিদা
থাদোক্লবা য়াদ্রবা ঐখোয়নি
চীংমী-তম্মী ঐখোয়সে
খুকউ শেনবা হৌরসি
ঐখোয় মতমসি হৌজিক্কী
কুমগা লাইগা পাবনি। □

# সেকমাই তুরেলগী সনাখোনবী

চীংজুম লাইজ ইচুম্না
লাইজ অমৃত্ত ওইদুনা
তুরেল ইহৌফম ওইরকপী
মৌড়তোক চীংদগী হৌরকপী
সেকমাই তুরেল য়াঙ্গংবী
লাইমতোল চীংগী চীংয়াওদা
নোংলিক অমা তাবদা
ইখায় অহুম থোক্তুনা
ইখায় অমনা চকপীদা
ইখায় অমনা লোকচাউদা
অরেম্বা অদুনা সেকমাইদা
শেংন খায়ন য়েন্ননা ।

অসুম্না
লোকচন লোকশা কয়াদগী
লাইজ ইখোমলক্তুনা
তুরেলগী লৈঙোই চোপ্রোবী
লৈপ্রেং, লৈঙাং পুদুনা
তেরা পাম্বাগী খাবক্ত চনবা
কাউদৌ মপৈ মপৈগা
তাংজ লিনগী মকু-মান,

তাংজ শিনগী মতৌগুম,
থেক্লা খোয়না চেন্দুনা
তম্পাক মায়গৈ তমলকই।

চীংবুরোই তমবুরোই অনিগী
নুংঙাই য়াইবী মরাংকায়
পাম্নাও-শিংনাও তানবা
শেম্বীরীবা নহাক্কি
মপুগী শিম্মা পাঙদুনা
অবাং পাংনা চেন্দুনা
তীর্থগী শক্তম লৌরিবী
য়ারী শিংবুম কয়ানা
তীর্থগী ঈচেল ওইরীবী
খরুংপাত্তা তারগা
ইম্ফাল তুরেন্দা তিন্দুনা
সমুদ্রগী মায়গৈ তন্নিবী
সেকমাই তুরেল পুকফবী
চায়োক- নাওয়োক ফবী ইমাও !

ইমা নঙগী নগুণ থাবদি
অপঙবা নচা ওইবনা
য়াৎলগদা মতোকই
বর সাহেবকী মতমদা
ককচিংগী লৌরেল হায়নবা
ইমা নঙগী থৌজালননি ।

চাউখৎপগী মঙাল ফংলকপা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৬৬

শেনমিংলোন্দি শোকলকপা
তৌফম চাফম খঙদ্রবা
নঙগী নচা ময়াম্মা
ইমাগী ইরোন্নুংদা কুমদুনা
সনাগী খনি থিরক্লে।

মতম অমদা হায়নবা
সেকমাই তুরেলগী লৈজ্রেংনা
য়ুমথোং খুদিং ঙাল্লনি
ঙসি কৌবা নোংজাদা
মাঙদা সং সং উজরে।
হিদেন খুদিং কুমদুনা
লৈরাই চাংদোন খুদিংদা
চীংদুম চীংদুম পৈরিবা
সনা মপৈ মপৈনি
মনি মুক্তা পরেংনি
য়ুমথোঙ খুদিংদা য়ৌরকপা
পলেম মানবী ইমাখোয়
নখোয়গী থৌজাল ঙাক্তনি
সনা লৈবাক মণিপুর
মণি মুক্তাগুম লংহনসি
সেকমাই তুরেলগী সনাখোনবী। □

## মনাও চীং

অকনবা পোকপী মমানা
লৈবাক মাগুদা লেমজবা
ধর্ম্মগী অশেংবা মফম্না
তীর্থ স্থান ওইহৌবা
ককচিং লমদম লমনুংশি
খম্নাংবগী মশাইগোন
মনাও চীংগী নাপোমদা
মরৈবাক নীংবা কয়াগা
সনাতন ধর্ম্ম ফংম্রে
মৈরাবা পোইলা অথৌবা
নগুনা য়াতাবা মফমসে
তীর্থ স্থান ওইরেদো।

লাইবক ফবী মনাও চীং
কয়াদা নীংথিজরবা,
ইতিহাসকী অশেংবা খুভম্না
মতম পুম্বদা ঙাল্লনি
নহাক্কী নশেক নগান্না
পাক্ল সমুদ্র ঈয়াইদ
লম্মাগুনরবা হিরোইবু
লমজিং মায়গৈ তাক্লিবা

কংলা শাগী চারক্তা-৬৮

ধ্রুবতরাগী মশক্তি
খা-মায়গৈদ লৈদুনা
অচৌবা নওগী ফিদম্মা
লুচিংবীনবা লৈত্রবা
চোকথরবা খুন্নাইগী
লমজিং পুরেল ওইবীরী।□

## চাউখৎলে খল্লবা মতমসিদা

টারমিনেতরগী লেমহৌবা

চিপ অমগুম

মোরেল য়াওদ্রবা

কোক মচা-মচাশিং
লৈবাক্কী অচৌ অচৌবা
বাথোক লাম্থোক কয়া
তত্তনা থোকহল্লি নোংমা কাংদনা ।

হে! ধর্ম্ম!
মীনা লাইমিং লৌনরিবা ধর্ম্ম
মোরেলদা য়ুম্ফম ওইবা
নহক্না
করিগী হাপ্লীরক্কে
কোক মচানি চল্লোই খনবরা ।
ধর্ম্মনা লৈখা তাবরা ?
মীনা লৈখা তাবরা ?
চাউখৎলে খল্লবা মতমসিদা।

চার্জ ওফ লাইত ব্রিগেদ
ঙসিফাওবা শক্ক-শোন্নরিবা
মোরেল ভেলু বাংবা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৭০

ডিসিপ্লিন মশক খণ্ডবগী
মীওই খজিক খক্তনা
পৃথিবীগী মপু ওইরম্মী।

চাউখৎপগী চাং
মোরেল ভেলুনা ওল্লকলবদা
মোরেল ভেলু জিরোদা হল্লক্রবা
ইমা মণিপুরগী মচাশিং
ঐখোয় মীকপ থোক্লসি
ইমাগী পিরাং তৈথোক্লবা
ধর্ম্মনা লৈখা তাবরা ?
মীনা লৈখা তাবরা ?
চাউখৎলে খল্লবা মতমসিদা।□

## মতমসিগী বন্দ

বন্দনা খুরক হাঙদ্রি
স্ত্রাইক্না শৌ শারি
জে এ সি চেঙ্গুম শৌরি
নুংশিৎ কম্না খাইরুবা,
ফিজি ফিনানা খজিক-খজাক শোকখিবা
লেম্না তোক্তে মতমসিদা
বন্দগী বন্দ ঙাক্তনি
চেকলাউবীনা বন্দ কৌহি
খুনু খরংনা বন্দ ঙাকই।

থদংলি চাকখাউ লায়রবগী
খুঙুমন চারগা হিংজবশিং
নোংমগী চরা তানবশিং
হাপকৎলি শেন্দোং কারবারগী
হেনগৎলি লনগৈ ইনাকখুনবগী
ফোঙনা চৈবসু ঙমদে
কি লোৎনা ঙাংনবসু
থৌনা ফরুবা লম্মাই তাই।
গাড়ী চেন্দে কৈথেল কাদে
ওফিস হাংই, মী লৈতে
তগ্নীদে লাইরিক স্কুল কলেজ

## কংলা শাগী চীরক্তা - ৭২

তলবত্তি কংই থা খুদিংগী
শেন্দোয়দি লেপ্তে নোংমতসু

হায়ঙম তৌঙমদ্রবা
লায়র অনংবশিং
শৌগৎলি বন্দ নোক্লা নোক্লা
থস্মোয়দ মৈগী চীং খুমদুনা ।

লমদমসিগী চৎনবী
গান্ধীয়ান ফিলোসোফিগী
মথৎদা
মার্ক্সিস ফিলোসোফি
শান্তিদাস গোসাইনা
বেঙ্গোল্লি ময়েক চৎননবা
মৈ থাদোকই লাইওইরবা পুয়াশিং
শান্তিদাসকী মতৌ ভম্বা থরনা
মৈত্তে ময়েক চৎননবা
জ্ঞানগী পুক্কে লাইব্রেরী
ভুম্না মৈ থাদোকপা ঙম্মী
অতৈ লম্বী লৈত্রবদৌ ।

বন্দগী মথৎদা ব্লোকেদ
ব্লোকেদকী মতুংদা কাউন্টর ব্লোকেদ
স্ত্রাইক্কী মথৎদ জেনেরেল স্ত্রাইক
অহিংসাগী মখা তারকপদা
হিংসাগী অকনবা খোঙজং
অদুভদা তাবী লাউরি খোঙলিবশিং । □

# অহুমশুবা লাম্মী

তাইবঙপান পুম্নি লম্বীদা
থেক্লা খোয়না চংলিবা
অকা অকুমগী লাইবক্তা
হিংনবগী লানফমদা
লাম্থেংনরীবা লাম্মী খোঙলোয়শা!
হে! অহানবা লাম্মী
হে! পুক্কংবা লাম্মী
ঐখোয়বু ঙাক্লীবা নখোয়না
করিগী ঐখোয়বু হাংলিবা
নখুজুনা করিগী অমুবা আইন
ঐখোয়সিবু শা-ঙারা থম্মোয় পান্দবা ?

হে ! অনীশুবা লাম্মী
ঙসিগী মীরোং,
হয়েংগীনা শহীদ-শা
ঐখোয়গীদমক্তনি হায়রগা
করিগী ঐখোয়বু ওংলিবা
নোংমৈগী আইন চলাইদুনা
মপা মপুগুম্বা কয়াশিং
চৈ থাংবা ওল্লিবা।

পামজদে, খোয়দাদে
মনুং, মপান অনিমক
শাজৎ মান্নবা
লীচৎ তিন্নবা
প্রজাবু কাঙদ্রুম তাহনবা
লাইজ ঈশিংনা কংখ্রগা
লেমলৈ ঙানা হিংঙমলোই।

সুনামিগী মতৌগুম
ইথক ইপোম কল্লক্লগা
হিনাও শাবা ঙমজরোই।
মফম মতম্মা ওইখিবা
নখোয়সি ঐখোয়গী শাইওন্নি
শাইওন মতম লোইরক্লে
নতেফমদা তেরসি
নহনফমদা হল্লসি
হে, গুরুগী য়াথংনি ।

লাউজরিবা ঐখোয়সে
খাঙমদ্রবা প্রজানি
য়োখোক পায়বা লাম্মী
মতম চুপ্পগী মায়থীখিদ্রিবা
ঐখোয় প্রজাগী লাম্মীনি
ঐখোয় অহুমশুবা লাম্মীনি। □

## সুনামি

সুনামি, সুনামি
ইথক নিংথৌ সুনামি
মহাসাগর ঈথক হৌহনবা
কংফালদ য়ুহার হাহনবা
এতোম বোম লীশীংগী শক্তি লৈবা
মহৌশা লাইরেম্বীগী খুদোল
ইনভাইরোমেন্ত শক্তম মাঙহনবা
প্রকৃতিগী খলবু থুগায়বা
ধর্ম্মবু খোঙগাওনরিবা
ঙকচাও থেকপা মীওইবা
মীকুপ অমদা কোক নোলহনবা
অঙকপা পারা তম্বীবা
সুনামি, সুনামি
ইথক নিংথৌ সুনামি।

শারংদা য়োকপা শানা
বিষুবিয়াস পোকখায়রক্কনি খঙলগা
শিংলে খল্লবা মীওইবনা
করিগী শিরিবা ইরাক্লদুনা
অন্দমানগী অরিবা ত্রাইবনা
করম্মা খঙলমলিবা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৭৬

অরোনবা ইঙ্গিং সুনামিগী
শেন্নরিবা অহৈ অশিং ময়ামদুনা
করম্মা শিরিবা ইরাক্লদুনা।
কাউজনথীবা মীওইবা
শা-গুম্বনি মীওইবসু
প্রকৃতিগী ইঙ্গিং খণ্ডনবা
তশ্বীয়ু, তশ্বীয়ু সুনামি
ঙকচাউ থেকপা মীওইবা
মপুগী খুয়াদা চংজদ্রিফাও।□

# কাইনগী থৈবোংসে ময়ি চৎলমাল্লে

গোবীন্দগী লৈবাক লাইরৈবাক
গোবীন্দজীগী কাংশি খোঙ্গেন্দা
মথেলগী মহাও কারিবা
সনা লৈবাক মণিপুর
নওগী জগোই ঈশৈনা
মালেমদা শকপু তাক্লিবা
অদুবু
কমদৌনি
মতমগী কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ
অশাবা নুংশিৎকী শাফুদা
কাইনগী থৈবোংসে
ময়াইদা ময়ি চৎলমাল্লে।
মনাই ভক্তশিংসু
খাইবুং খাইবুং
অনিথোকপী
নাকল চাবোক
চৎনবীদা চৎনবী ওইরকই
অমনা ঙাংবা বা অমনা তাবীদে
মখল মথেল, মানা মানা থোকপা
পংশিদা শিনৈ মরাল
অমগা অমগা

ময়ুং চত্তে থবক খুদিংমক
হাইদুনা লৈগল্লি মফেন্দা
কোক চুংশিন্নবা ব্রাংলবা সমাজসিদা।
উপদ্রোবসু উপদ্রোব মরোল অমা
কালিমাই মঙক কেল্লমলে
ব্রা, ব্রা
নুপা মরী শোকই
য়া, য়া
ধুপ থাউমৈ
ফিরাল অমুবা
থিংবা ঙমদে
শং শত্তা পুখি
কেরৌহনবা নুমিৎসু অনি থোরক্লে
পোত্থাফম খঙদরে
তুম্বা চাবা ফংদরে
অমগী ব্রাবু ইনগদরা ?
অমগী য়ানববু চৎকদরা ?
লাক্লো!
নুমিৎ কাপ্পা খ্বাইনুংজেং পিবা
ব্রাইরম নতেনশানা তেন্দমগেরা ?
নত্রগা
য়োখোক লানবু হৌরসিরা ?
ঙাইখো!
অমুক্তা ঙাইবীখো!
হে! থম্মোই পাল্লিবশা
ধর্ম্মদা থজবা থল্লিবশা

শকখণ্ডদবা ময়িনা চিংখায়হল্লে ঐখোয়সে ।

চীংদসু যীশুগী মনাইশিং
পংহাত্তা হাৎনৈ
অমগা অমগা
তমদসু গোবিন্দগী ভক্তশিং
পংখত্তা খৎনৈ মখোয় মশেল
নোংমা কাংদে হাৎনরিবা
পুন্না অমুক্তা খন্নখিশি
কাইনগী থৈবোংসে ময়ি চৎলমাল্লে।□

# মপুগী খুৎশেম

চৎনবীনা খোঙদা পুন
নুংশিবনা গুক্তা হুক
পাম্মুবনা খুক্তা পায়
হকচাং তংখাই ওইরেদো
তংখাই অনিনা মপূম শা
ইবুকথোক্কী ইরলনা
ইচা কৌবদা ফংজরে
তাইবঙ মালং পানসিদা ।

চাগদৌবগুম নুংশি ইচা কৌ
শুম্মগা চাই ইশু হায়
ইচা-ইশুগী খন্দুনা
অৱা-অনা মায়োক্না
তাইবঙ পুন্সি লোমনরি ।

তুরেলনা হঙ্গৎনা চেন্দেদো
সমুদ্রনা তুরেলদা ৱারৌদে
অহোয়নদুম ঈশিংদুম ৱাৎহন্দে
মপুগী শিন্থা ইল্লিদো।
পলেম-পম্বৌগী লমন্দি
মপোক লীশীং অমা শিংঙমদ্রবসু

কংলা শাগী চীরক্তা-৮১

মমা-মপা ওইরক্রবা কাল
মচা-মশু য়োকপদা লমন শিংবা শক্লরি
মপুগী খুৎশেম ভুং-ইন্না।

অশি লমদম পাংলমদাই
হকচাং তংখাই ওইরকপী
য়ুমগী তালোই নুংশিবী
পুন্সি খোঙলোই ওইরকপী
মমিত্তা মপি তানা
খোঙজিন ফাওবদং থিল্লম্মী ।

নুংশিরবা ইচা-ইশু
চান্নরবা মক্লপ-মপিজা কয়া
শন্দুক ফাওবা থিল্লম্মী,
চীতাগী মৈনা চুন্নক্রবা কাল
অয়োইবা বিদায় পীরম্মী
পঞ্চ-ভুতনা শাবা হকচাং পোলাং
মৈনা ভুম্না চাকশ্রবা ভুং
তাইবঙ পুন্সিদা তানজরকপা লন
শিকি অমফাও পুঙমদ
মাংফদ্রবা আম্মানা
তৌজখিবা কম্মগী ফল
মিংচৎ খক্তা পুদুনা
স্বর্গগী লম্বীদা পাংলকই ।

মায়াগী তাইবঙদা পোক্রবা

## কংলা শাগী চীরক্তা-৮২

ঐগী হায়বা ৰাখলনা মাঙওইনা
শিরোই নারোইদৌবগুম
চোংলি ফল্লিবা ঐহাকসে
ইপাক্কী কোঙ্গোলগুম
নোংমদি শোয়দনা তাকখিনি
পুন্সি চেংজেন্না লোইরক্লবদা।

খুজেং পাল্লোইননা
চিংবীয়ুনে ঐবু
পুন্সিগী মীকুপ খুদিংদা
অরোইবা মতম ফাওবদং নঙনা
নঙগী খুৎশেমদা য়াওজরিবা ঐবু।□

## নীংতম্বা

ঙংলরনু
হো লোইনাইদ্রবা
নীংতম্বগী সুর ।
তাহল্লনু হন্না হন্না,
পেন্নাইদ্রবা মীওইবদা
নঙগী খোঞ্জেল
মীওইবনা পামজবা
অশেংবা নীংতম্বা ।
লমদম কৈদবু লোৎলিবা
মপুগী সনা কৈথেলদা
নীংতম্বা নঙবু য়োনবরা ?
স্বর্গগী লম্বীদা
ননিং তৌনা শাৎপরা ?
নঙগী সুরগী তাম্বাদা
পলেম-পম্বৌ শেংনরি
তাইবঙ মীরোৎ ওইদুনা
ঈ মশেল হাৎনরি
জাৎ বিজাৎ খায়দুনা
পৃথি নাপাক তাহল্লি ।

নীংতম্বা নঙগী শউন্না,

কংলা শাগী চীরক্তা - ৮৪

অঙাংবা ঈখেংনা
তাইবঙ হকচাং লাম্থোক্কুনা
মালেম তম্না চেন্নফাও
লেপখিরোইদ্রা নঙগী সুর ?

ঙসিগী নীংতম্বনা মীবু চাই
ঙরাংগী নীংতম্বনা মীবু হাৎলি
লেপলোনে নঙগী
ময়াই কারবা খোঞ্জেল ।

কনাগী নীংতম্বনো
নহাক্লা তাল্লিবা
অকি তুজুং য়াওদনা
মথন্তা লেপচবা ঙম্নবা
মখোয়গীসু য়াওবরা নীংতম্বা
নহাক্লা তাল্লিবা নিংতম্বা
থবায়বু পোম্থা ওইরগা।

তাইবঙসি উংকী মপৈ
ওনথ্রনি শোয়দনা
কায়হৌবীরনু অনৌবা অমুক
পামজদ্রে অনৌবা চৈনা
মপুং ফাদ্রিবা
নীংতম্বনা লৈরিঙৈ
হে ! লোইনায়দ্রবা নীংতম্বা।□

# মতমসিগী যবন

সিমিত্রি চণ্ডলুই

ফুরগা তাল্লি

হোটেলদা ফমলুই

কন্যা কৎলি

হৈবোক চীংগী মাধবীসু

চেনশিনখি সহরগী হোটেলদা

লোৎচখি জিরো বম্বকী মখাদা

কিজবনা মতমসিগী সিফাই।

খোয়দাবা অমদা চেল্লিঙৈ

খল্লুদবা অমনা চোংশিল্লকই

কুল্লে লোক অমদা কৈ অনি

হায়নরুবা লৈতে মতমগী বিচারপতি

য়েনখা লুখা পিক থল্লি

ব্বারক ব্বাতেম্বীনবা ।

অহকপা চৈরাক

অরুম্বা দণ্ডি

ব্বাথোক্কুগী ব্বারোইশিন

লৌ শঙম অহুম ফৌনাদা পাই

নত্রগা

কৃ মরূপ !

ইরাং কৈথেল কাদুনা

কংলা শাগী চীরক্তা-৮৬

কেকু লোংপী শান্নজৈ
এইদসনা লুমদুনা লৈরম্মী ।
পুকচেল ফাথদে
বাখল লেপ্তে
খুর্জ্জি য়াওদবা শগোলগুম ।
পোলেপফম খঙদ্রবা তাইবঙদা
লাইরিক তমলুনি
থবক্তি ফংলোই
সিফাই চঙনিংই
পৈসা পায়দে
মীকুপকী নুংঙাইবা
মাথা শারগা তোকই
লেম্না পৈসা তাল্লুবা
পুন্সি পীখম্নবনা হাল্লি ।

ফিলমদুনা ফিজেৎ ফিথুংদবা
ইশৈদুনা য়ক লাউবী
হুৎ হায়দোকলকপদা
মৈরা পায়বীনা কন্যা পুথোকলক
পার্সন্তেজ বাবুনা বর শেম্নে
ক্লবকী শুমাংদা
লৈকাই ময়াম্না কোয়শিন্দুনা
খৈনি কৌতানা কুন্দো পরেং
মাঙ্গোল লুহোং
গ্রোং গ্রাং...
বরগী শৈজাদি

## কংলা শাগী চীরক্তা-৮৭

ডাক্তরগী ফমুং
তংদু লৈতাদ্রবা পূন্সিদা
পূক্লিংদা খল্লি মওন মওন
করম্বা লম্বীদা চংকদবা
অহল লমন, মথক থোংবশিং
ওজা গুরুগী পাউতাক লৌনিংদবা
মোরেল য়াওদ্রবা
মতমসিগী যবন। □

## পান্মী নুপীদ নত্তে নুপাসু

পান্মী নুপা খুদিংনা
সতীত্ব ওইবী নুপীশিং
অদুগা,
নুপা নুপী রাইত মান্নরবদা
পান্মী নুপী খুদিংনসু
লমচৎ ফজবা নুপাশিং ।

এতোম বোমগী শক্তিদি
থিংবা ঙম্মী ইউ এন ওনা
থিংবা ঙমগনি কনানা
এইদসনা লোৎনা লান্দারকপদা ।

ব্রহ্মচারী পালন তৌরিবা
নুপা সতী নুপী সতী
অখন্নবা লাম্মী খক্তনা
মায়থীবা পীঙমগনি এইদসপু ।

অখাঙ কনবা, মরম ওকপা
থকশি খাশি নাইবা
অফ-ফত্ত, অচুম-অরান
বিচার তৌঙম্বা নহাশিং

## কংলা শাগী চীরক্তা-৮৯

মায়থীবা পীওমগনি এইদসপু
লোৎনা লান্দারকপা মহাকসে।

লায়না কয়াগী মরূপলোই
লায়েংনবগী উপায় লৈত্রিবা
প্রলয়গী শক্তম লৌরিবী
এইদস কৌবী হিংচাবী।

নুপাদা চারগা তোক্তবী
মমা মচাসু চাথোকপী
ইমুং-মনুং তুম্না মাওহনবী
নহাকপু থিংনবা উপায়দি
অকনবা নিয়ম শিজিন্না
ঈশ্বরদা থাজবা থমদুনা
মোরেল ভেলু ৱাংহনবা
লমচৎ ফজবা মীওইশিং
পাম্মী নুপীদ নত্তে নুপাসু
মীওইবা জাতি কন্নবা। ☐

# শেলগী মমায় অনি

থবায়গী থবায় ওইরিবী
পুন্সিগী মহাও হাপ্লিবী
লক্ষ্মীগী শাগ্নমী হায়নবা
মতমসিগী শেল
মীয়াম্মা পাম্মা তাপ্লিবা
হিংনবগী লানফমদা
থবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা।

শেলগীসু লৈজে মমায় অনি
তংনা থানবা য়াদ্রবা
অদুগুম্মা,
য়েংকী লমদাং
ওইগী লমদাং
তাইবঙ লীলা য়াওনবা
অমতং ঙাৎপদা কৌবীরি
পাপ্রা-লুপ্রা !

তাইবঙ মথৌ পাংনবা
খোঙ, খুৎ, মিৎ, নাকোং
পু-পাং চানবা
ওই য়েৎ খায়বীরে

## কংলা শাগী চীরক্তা - ৯১

মপু মাগী খুৎশেম্মি
অমতং শোয়বদা
নোংদম্বা মঙোন্দা বারৌই
কনাগী মরালনো খঙদনা
শোইনাইরবা হেক্তা কৌবীরি
মশানা য়ৌনা পামজদ্রসু ।

প্রজা মীয়াম লৈবনা
সরকার মাসু লৈবনি
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না
অওনবা সরকারসু শেম্মরি
প্রজা সরকারগী মরীসে
মমায় অনি লোঙবা শেলগুম্মী ।

সরকারগী থৌরাং, প্রজাগী থৌদাং
প্রজাগী বাকৎ, সরকারগী থৌশিল
করম্মা কায়ননি
ঙাগা ঈশিংগুম্মা
চাউখৎ থৌরাংগী লমজেন্দা ।

মশানা তাবা, নিয়ম্মা পুল্লবা
চাউখৎপগী লম্বীদা থাক থাক
ভাব তানদ্রবা, থৌশাহৌদ্রবা
তুংদ হল্লকপা য়াই
খোঙফম কয়া
থক থক ।

## কংলা শাগী চীরক্তা-৯২

চাউখৎলবা লৈবাকশিংশে
মীথোইরক্লবা মীওইশিংশে
খণ্ডগ্রমাল্লে মাঙজৌননা
সরকার প্রজাগী মরীসে
শেলগী মমায় অনি লোংবগুম। □

# লাইসেন্স কিল্লর

মীচম্মা মী হাৎপদি
হায়কোর্ট , সুপ্রীমকোর্ট য়োরগা
ফাঁসী শগাই কাহল্লি
নত্রগা
পুন্সি চুম্মা ফাদোক তাই ।

অনাবগী লাইনিং লাইশোনফম
অঙৌবা ফিজোলনা লৈতেংবা
মখোয়গী মখুত্তা লানবদি
তাইবঙ হৌনশা ওইবরা ।

খুত্তা খুৎলাই পায়রিবা
দুর্গাগী অমুবা মচাশিং
মখোয়না মীবু হাৎপদি
দোষ লৈতে হায়সিরা ।

মখোয়গী অথুবা বিচারসে
কয়াম 'চুম্বা ওইরিবা ?
লৈবাকপু উদ্ধার তৌরিবা
নিং-খা তৌনা শিজিন্নবশিং
মখোয়গী মখুত্তা শিবশিং
কনানা করি হায়গনি

## কংলা শাগী চীরক্তা-৯৪

মখোয়বু কৌগদ্রা
লাইসেন্স কিল্লর ?

ডাক্তরনা অম হাৎপদা
লৌমীনা লীশীং তরা
তপ্না তপ্না, নোক্লা নোক্লা
অনৌবা মথেল
লায়নাগা তিন্নাগা তোৎনরগা শেম্বা মচল
মখোয়বু কৌগদ্রা
লাইসেন্স কিল্লর ?

মীগী থবায় লল্লোনবা
নম্বর ফোর, তেবলেত লল্লোনবশিং
মখোয়সু কৌগদ্রা
লাইসেন্স কিল্লর ? □

# অশেংবা ইমালৈবাক

থৌজাল হৈবী
হে ! অহিংবা গ্রহ,
হে ! শংবান্নরবী মালেম,
নঙতনি অশেংবা ইরৈপাক
নঙতনি অশেংবা মফম
থবায়পানবা পৃথ্বিগী হিংনফম
জীবশিংগী অমত্তা ঙাইরবা হৌরকফম।

হৈরে শিংলে খন্দুনা
অথোই নাপল কারিবা
ঐগী হায়বা থাখলনা
কাঙলুপ কাঙলুপ শেল্লিবা
মচেৎ মচেৎ তারিবা
থবায়না পোম্বা ওইরগা
শেমজরিবা ইরৈবাক মচা মচাশিং
অনিংবা অপাম্বা থুংঙমলোই
ইরৈবাক মচা মচাগীদমক
থবায় থাবা পাম্মুজে
পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোকসিদা।

লংশেকখরসি, মাঙহনখ্রসি
পৈশিন্নরিবা প্রলয়গী খুৎলায়শিং

## কংলা শাগী চীরক্তা-৯৬

মালেমবু কয়ারক হন্না মাঙহনবা ঙম্বা
ওম্থোক্লকসি ঙম্মক শান্তিগী লম্বীদা ।

য়েংখিসি মীৎ পেন্না
অওনবা কয়ামুক
মীওইবনা ঙম্বগী শক্তিদা
ওইহল্লবদা চরাম চদৎনরবা
ফিজেৎ ফিথুংদ্রবশিংদুগী
অমদি
মুৎথিগদৌরবা পাম্বী শা-ঙাশিংগীদমক
থৱায় হাপ্লদি ঙমদ্রিবা ঐখোয়না
করম্মা থৱায় পানবশিংবু মাঙহনগে খল্লিবা ।

ধর্ম্মগী মিংদা
কাঙলুপকী ইরাংদা
ঈ মশেল হাৎনরি
ঈ মশেল য়াম্নরি
ইমা অমত্তগী মচাশিং
মীচং খোম্মরি
মচেৎ তানরি
ফুদিত্তা মাঙজোং চোং
লৈচিন্দা তেনকাপ্পা
মথৌনা মরিংজেল ফুদোক্তুনা
পৃথিবী নাকপাক তাহল্লি
লানজাও থোক্লবা থৌরাংলি
মীফত্ত খরগী থৌইনশিন্দা

কংলা শাগী চীরক্তা-৯৭

প্রজাগী থস্মোয় খণ্ডদনা
রাজনিতিনা শেগায়রি মচেৎ-মচেৎ
মীনুংশিনা তাইশিল্লি মতৎ-মতৎ ।

পাক চাওরবা পৃথিবী
চাউখৎপগী খোঙথাংদা
গ্লোবেল ভিলেজ ওইরক্নে
ইন্তরনেতকী খুৎথাংদা
ঈ- মেলনা পাউ পু
অপূনবগী শক্তম
অমত্ত ওইবগী ব্রাখলম্লোন
নোংম-নোংমগী
হেনগৎলক্লি অসুম অসুম ।

সুন্দ্রংদা কোয়না চৎলুরে
সৌরজগৎ ফাওনা থিরুরে
লৈরমদ্রে নংগুম্বী
অহিংবা জীবশিংগী খনবী
চায়োকফবী থৌজাল হৈবী
পোক্নেন পোকপী
শাৎলেন শাৎপী
ঋতু তরুক্না থৌগনবী
অইং-অশা খাইরিবী
জীবশিংগী পেন্নবা
পাক্লবা সমুদ্র,শাংলবা চীংশাং পরেং
থেক্না খোয়না চেল্লিবা তুরেলশিং

## কংলা শাগী চীরক্তা-১৮

মহৈ-মরোং চুন্নবা তম্পাকশিং ।

কাউজনথিবা মীওইবা
মপুগী খুৎশেম নুংশিবা
প্রকৃতি ইমাগী খুদোলশিং
শংবান্নরবা মালেমসি
মীওইবা খক্তগী নস্তেনে
জীব-পানবা পুম্বগী
অশেংবা ইরৈবাক্তি ইরৈবাক । □

## থিরিবনি

তয়াং তম্নাংনা খল্লুবা বাখলদুদা
লেল্লিবা পুন্সি ময়েলদুদা
মীকুপকী পান্নুবা নুংঙাইবা
ইল্লক্লে অবাবা মপৈ মপৈ
মীকুপকী শাশিন্নবা নুংশিবা
তুং কোইনা চৎলমদ্রে
ওল্লক্লে মথংদা য়েক্লবা ।

হে ! অচিকপা, অমম্বা
ওল্লবরা নহাকসু
যবনশিংগী য়েক্লবা
ঐনা অচিকপা পান্নুবনা
পুন্সিসে নাইতোম তাজরে
ঐনা অমম্বা হৈনরুবনা
ওইহল্লে ইশাবু বাথোকশা ।

তেল্লবা পুন্সিগী খোঙচত্তা
পান্নক্লে তুংকোইবা পুন্সি ময়েল
অদুবু
হে ! পুন্সি
ঙকইকো নঙসে

# কংলা শাগী চীরক্তা-১০০

নহাক্কী করম্বা শক্তমো
নুং পান ফাওনা চৎলিবা
কায়নবসু য়াদ
থাদোকপসু ঙমদ
মপুগী শিন্থা তুংইন্না
মায়াগী তাইবঙপান অসিদা।

থিরিবনি ঐসু
নুংগী ওইবা ঈচেলদু
পানগী ওইবা শক্তমগা শমজিন্নবা
ইলেক্ট্রিক করেন্ত ফাওনবগুম
তুংকোইবা মচত্তু ফংনবা
অয়েৎপা অপনবা লৈতনা মরকসিদা।

হে! ব্রাখল
মীওইবগী ব্রাখল
হৌরকফম খেন্নবরা
পম্থুংফম খেন্নরিবসি
চপ মান্নরে খনবা মীওইবদা ।

খুৎপু খুৎনা নোইদুনা
য়াশিংবু য়াশিংনা চীক্তুনা
হকচাংগী কয়াৎশিংবু
কয়াৎশিংনা নমদুনা
মীৎ তাঙবগুম য়েংলিবা
নাপঙবগুম তারিবা

## কংলা শাগী চীরক্তা-১০১

হকচাংবু উকংগুম্না খন্দুনা
ইশানা ইশাগী অৱাবা কোক্লবা
ইশানা ইশাগী মরূপ্পী খন্দুনা
থিরিবনি ঐসু ।
মহৌশা লীচংকা খুংশেমগী তাইবঙগা
লিরি খোয়রিনা
চংমিন্নবা য়াবা লম্বী পুন্না
তুংকোইবা পুন্সি মরেল অমগীদমক
কাউজলথীবা মীওইবা অমা ওইরবসু । ☐

## মীনা শা ওল্লক্লবদা

শাহিং চাবা শা কৈদসু
মচা নুংশিবা খঙই,
কৈদসু মবুক থল্লিঁগে
মী শোক্তে হাযনৈ
অদুবু,

মীনা শা ওল্লক্লবদা
শাদগীসু হেন্না তমথী
হিংচা যাইতম্বগী মশক্লি
মপা মচা হাৎনবা ঙম্মী
থোৎ নৌরবী মচাগী চবম
মেৎখায়বা ঙম্মী
মমা মপাগী মখুৎমক্লা
সমাজগী মীনোক মৈশা কিবদগী
মীনা শা ওল্লক্লবদা !

নুংশীবীবু অচিকপদা কৌথোক্লগা
হাৎপা ঙম্মী নূংদুম্না শুরগা
মঙ্গাপ্পু হিংনা ফুম্লগা হাৎলি
খুদক্তা হাৎলি নোংমৈনা কাপ্লুনা
মবাল অমা পিশিল্লগা
অশিবগা অচঙবগা ৱাফংনবদা

কংলা শাগী চীরক্তা-১০৩

অচঙবতনা ঙস্মী খঙলবা
মখোয়না শা ওল্লক্লবদা !

হিংনবগী লানফমদা
বাদবা শেম্ভোক লম্বী থিরকপদা
পামবু য়াল্লু চৎথ্রগা
তাতা সুমো খামলম্মী
বস লুটপু তৌরম্মী
পেসেঞ্জর ফাদুনা চিংথহৌই
অতোপ্পা উপায় কয়ানি
ডিমান্দ লেতরনা খুরক হাওদে ।

মথংদা
ষন্নিংহনবদগী মীনিংহনবা
য়ান্নদ্রগা ষনখোঙ মুৎপা
নত্রগা
খোঙ্গুল মাঙহনবা
মতমসিগী চৎনবী
মীনা শা ওল্লক্লবদা !

পৈবমখৈ পৈশিল্লুবা পৈসানা
চৎখি মখোঙ পাল্লবা শাগুম্না
তানশিল্লুরিবা মীনা শা ওল্লক্লবদা !

গুলী চাবা নহাশিং হেড চাকলকই
চঙশিল্লুবা লম্বী, থাংজিল্লুরিবা খোঙথাং

## কংলা শাগী চীরক্তা-১০৪

হন্দোকপদা ঋারবা
চক্রব্যুহূগী লম্বীনি
থকশি খাসি ঋাৎলবা
মোরেল য়াওদ্রবা মতমসিগী
নহাশিংনা শা ওল্লক্লবদা !

নুপীদা অহেনবা শক্তি পীরক্লবদা
নুপী ওইবী থরনা
শক্তিবু লান্না শিজিন্নরকই
মৈরাপায়বীনা চবান চাবী ওইরকই
মৈরাপায়বীনা নোংমৈ পায়বী
মৈরাপায়বীনা তৌওম্বী ওল্লকই
শায়ন মথং মথং লৌরকই
মৈরাপায়বীনা শা ওল্লক্লবদা !

নুংশিববু নাথৈরগা নৈশাবীশিংনা
লাঙশিল্লি অউনপোৎ মপৈ-মপৈ
পাখং কয়াদা চেনশিন্নরগা
ইজ্জৎ দাবী তাল্লকই
নৈশাবীশিংনা শা ওল্লক্লবদা !

নুপী ওইবী কয়ানা
মশাগী ইজ্জৎ য়োম্দুনা
অতোপ্পশিংগা শেন্দোং চামিন্নবা ওম্মী
নুপীশিংনা শা ওল্লক্লবদা !

## কংলা শাগী চীরক্তা-১০৫

লৈবাকপু ঙাক শেল্লিবা সিফাইশিং
ওৎপা নৈবা হৌরকই মীচম প্রজাশিং
মখুত্তা অমুবা আইন পায়দুনা
হাৎপা তুপ্পা হৌরকই মরাল লৈজদবশিং
সুপ্রীম কোর্টকী রায় ফাওবা খোঙগাওনরগা
ওইদবা মরাল কয়া থঙজিন্দুনা
সিফাইশিংনা শা ওল্লক্রবদা !

মন্ত্রি, এম এল এ
লৈবাক্কী ফম্নাইবা, ওফিসারশিং
মমিত্তা পৈসাখক্তা উখিবনা
প্রজাশিংগী চাউখৎ থৌরাংগী
শেনফম কয়া
কলম পেনসিনগী মতেংনা
শায়েন ঙায়েন তৌথোকই তেবলথক্তা
ঙসি হয়েং খঙদ্রবা
অসুক ফত্রবা মতমসিদা
রাজনীতিবালাশিংনা শা ওল্লক্রবদা !

লৈবাক নীংবশিংনা
লৈবাক্কী চাউখৎ থৌরাংদা
অকায়বা অপনবা পীরকই
লৈবাকনীংবশিংনা শা ওল্লক্রবদা !

নীং- খা- তম্বা পাম্বশিংনা
মশাগী নীং-খা-তম্বা ফংলবা তুংদা

কংলা শাগী চীরক্তা - ১০৬

অকায়বা অয়েৎপা পীরকই
অতোপ্পশিংগী নীং-খা- তম্বদা
নীং-খাতম্বা অপ্লিবশিংনা শা ওল্লক্রবদা !

সাহিত্যগা সমাজগা লৈনবা মরী
লোক্তাকতা থুম থাদবগুম থোকই
লাইরিক পাবগী হৈনবী লৈত্রবা লমদমসিদা
লাইরিক লৈবগী মহুত্তা
মখোয়না
ভেন্দরদা য়ুবানশেন ওইখ্রবদা
কোকচাক তান্নিংদ্রবা মীওইশিংগী সমাজ
প্রজাশিংনা শা ওল্লমদাইদা !

হিংচাবশিংনা লওশিল্লি
শাদুম ঈখেং
মুনি ঋষিশিংগী যজ্ঞ থুগাইনবা
ধর্ম্মগী শেংলবা মফমশিং
অমদি
মীয়াম তিনফমশিং
লানগী অরোইবা খুৎলাই শিজিন্নে
নোংমৈ কাপশিল্লি, বোম লংশিল্লি
মীচম কয়াগী থবায় মাঙহল্লি
তাবদা থম্মোয় শোকপা ৱাফম্লি
মীওইবা চংনবীগী ৱাংমদা
ধর্ম্ম লৈতবা, ৱাখল থেনবশিংনা শা ওল্লক্রবদা !

## কংলা শাগী চীরক্তা-১০৭

অচুম অরান বিচার তৌরক্লবা
অফ-ফত্ত ৱাখল খল্লক্লবা
খাওবা ওস্বগী শক্তি ৱাংলবা
থৌনা ৱাংলবা মীওইশিং
তংদু লৈতানা লৈওমদ্রবা
মীওইবগী লমচৎ ৱাংলবা
মীওইবতনা শা ওল্লকপরা ?□

[ শ্রীমদ্ভগবদ গীতা :- শাদা ঈশ্বরগী কলা ৪ (মরি) ফোঙই, অদুগা মীওইবদা ঈশ্বরগী কলা ৫ (মঙা) ফোঙই। কলা মঙাদগী হৌদুনা কলা নিপাল ফাওবা ফোঙবা অথোইবা মীগী মনুং চল্লি, অদুগা মদুদগী হেন্নগৎলবদি লাইগী মনুং চল্লি ] মীগী শাগা কলাদা ৫গা ৪গা থংনবনিনা চেকশিনহৌদ্রবদি ৫দগী ৪ (মরি) দা য়াম্না লায়না হাইথখি। য়াম্না চেকশিন্না হোৎনরগা ৪ (মরি) দগী ৫,৬,৭ নচিংবা মথং মথং কাখৎলকপা য়াবগী ওইথোকপা লৈ হায়নৈ।

## ইমুংদুগী লায়না

চাগদৌবগুম নুংশিবা ইচানি
শুমহৎপমখৈ নুংশিবা ইশুনি
হনু মালে কারবা কাল
খল্লি ইচাগীসু
নুংশি ইশুগীসু
অদুবু,
চহি য়াম্লবা ঐনা
করম্না য়োক্কনি নুংশিরবা ইশু
করম্না বারক্কনি ময়ুম পাল্লবা ইচাশিং।

গুলী চাবা ইচানা
নিশা শিজিন্নবা মহাক্লা
মথুন ইশুম শুম
করি ওইগনি তাইবঙসে
মায়গৈ খুদিং মমশিল্লক
শাগৎলুবা আশা পুম্বা কায়রক্লবদা
মথোঙ চাদ্রবা মহাক্কা
করম্না লেনগনি পুন্সিসে ?

মীগী মচাবু করম্না

## কংলা শাগী চীরক্তা-১০৯

ইমৌ ওইনিংই থেমলুনি
ইশু উনিংই হায়দুনা
থম্মোয় কায়রবী ইমৌগী
নীংবা কায়রবা মায়থোং
পু-পাং শুদনা নাওয়োকপা
পিদৎ পাদৎলবা ইশুশিং
য়েংঙমলোই ইমিৎসিনা
অহল মতম ওইরক্লবদা
শোয়দনা ওইরক্কনি
ইমুংদুগী লায়না
লায়েংবদা বারবা মতমসিগী।

নম্বর ফোর হেরোইনগী
হেরো কুমলুবা মখোয়শিং
তৎন থানবা য়াদ্রবা ঈ মরীশিং,
লমচৎ কান্নবা মখোয়গী
পোজিতিব ওইরবা ঈ মরীশিং
কনাগা হিংহৌগনি তাইবঙসিদা।

গৌরমিথাই মীশিগুম লোইশিল্লক্লবদা
শোয়দনা ওইরক্কনি
ইমুংদুগী লায়না
লায়েংবদা বারবা মতমসিগী
হে সমাজ!
খাঙবা ঙমলিবরা নখোয়বু? □

# হে লাইরবগী কৃষ্ণ

হে ভগবান
হে জনার্দ্দন
হে বাসুদেব
হে দয়াময়
কৌনিংবতা কৌবদা
ইপকত পকচরবা নহাক্নি ।

নহাক্কী মিংখৈবু শোনজবদা
চোকথবা কৌবা লৈত্রবা
তাইবঙগী অমম্বা, অৱাবা কোকহনবীরিবা
হে জগৎকী মবুংঙো
নহাক্কী নফমদা চঙজরবা
হূরানবসু ভক্তসু মান্নরবা
গুণ কয়ানা লৈতেংবা
লাইর ইনাকখুনবা থিদনা
অচৌ অশাং খায়দনা
নহাক্কী থৌজাল ফংহনবীরীবা
হে দীনবন্ধু
হে লাইরবগী কৃষ্ণ !

সৈত লাইর ওইবনা
সহরগী মনি মন্দিরদা চগুদুনা
নহাক্কী সেবা তৌজবা
ধুম ধামদা গুমজদে
গোবিন্দগী লাইশঙ চগুদুনা
দর্শন তৌবসু ফংজদে
পাপচেনবা ওইবনা
তীর্থ চৎপসু গুমদরে
হন্দক মপোক্কী অসুম্মা
লেল্লবসু ননাইদি
কাউবদি গুমজদে নহাকপু
মনি মন্দিরদা গুানবগুম
ননাইগী থম্মোয়নুংদা গুানবীয়ু
হে লাইরবগী কৃষ্ণ !

কৌরবকী সভা ময়াইদা
পাপী দুষাশন্না
মশম লাক্লুনা চিংলকপা
ফিরোল অনি শুদ্রবী
নুমিৎ থা উবা য়াদ্রিবী
পান্থোম অমা থাঙ্গত্তুনা কৌরন্থদগী
উপায় লৈত্রবী মহাক্না
পান্থোম অনি থাঙ্গত্তুনা
থম্মোয় শোক্না কৌরবতদা
হায়নৈ তাবিখি নহাক্না মতমদুদা ।

নহাক্কী মণি মন্দিরমক্তদা
ভক্তশিংবু হাৎলবফাও
করিগী লৈথোক্লি তুমিন্না ?
হংলুরগসু মোমোন্তা মনোকপা
হে লাইরবগী কৃষ্ণ
কলি যুগ অসিদদি
ঈরুজ খুদৈ কংদে হায়নৈ ।

অদুবু প্রভু !
ফত্তবা তৌবশিংগীদি
শিশুপালগী মতৌগুম
মরান্না মপোৎ ফাবা
ঙাইরিব্রা নহাক্না ?
হে লাইরবগী কৃষ্ণ !

উজনিংদ্রে ইমিৎশিনা
য়েংহৈদ্রবা থৌদোকশিং
তাজনিংদ্রে মপাউসু
নমথাক তৌবা মখোয়গী
শেংদোকপীরো, তন্বীরো
ফত্তবা তৌবা মখোয়শিং
রত্নাকরগী মতৌগুম
ননাইগী ননাই ঙাক্তনি
খণ্ডজদদুনা তৌবনি
লেঙশিনবীরকলো
ঙানবীররো লৈত-লাইরশিংগী থম্মোয়দসু

## কংলা শাগী চীরক্তা-১১৩

শহরগী মনি মন্দিরদা ঙানবগুম
লৈবাক্কী অৱাবা কোক্লবা
পৃথিদা শান্তি পুরক্লবা
হে দীনবন্ধু
হে লাইরবগী কৃষ্ণ ! □

# মৈতৈ পূং

হৌখ্রবা মতম
লাকপীয়ু য়াদে অমুক হন্না
মতম মীওইবগী লন্নি
মতম মীওইবগী শক্তিনি
চেকশিল্লগা চেকয়ুম শাই
ফাদোক্লগা ফরা শাই
মতম চানা রাবন্না
স্বর্গ কৈরাক থাহৌদে
নিংঙাইদনা লৈরিঙৈ ।

মতমগী মমলদি
অশেংবা থবক্লা তাকপনি
এলেবেন অব্বার হৈনবা
নীংঙাইদনা লৈগনবা
মতমগী মমল খঙদবা
লমদমসিগী চৎনবী
মৈতৈ পূংগী হৈনবী
লংশেকখ্রসি লাপ্লা
মীমান্নবা ঙম্নবা । □

# ঐগী মরূপ কলম

মরূপ কলম
ঙসিদি খঙলক্কে
নহাক্কী নত্তিক নগুণ
কুইররবগী তুংসিদা ।

নহাক্কা মরূপ ওইরুবদগী
মিংথোল অমসু ফংজরে
লৈবাক্কা শকখঙবীবা
অদুবু,
হে ! মরূপ কলম
কৈদৌরে তুমিন্না লৈরগদি
হায়নবদায় মীয়াম্না
কলম্না থাঙদগীসু হেন্না থৌহ্
থাঙগী মহুত্তা নোংমৈনা শিনথ্রবা
অওনবা মতমগী, অহোংবা খোঙথাং
কন্না ঙাংলুরে নচিন তেক্কদ্রা
তুমিন্না লৈরে হূদুনা পুখিদ্রা
খল্লিবরা নহাকসু মঙল মঙল
অদুবু,
মরূপ নহাক নঙনা
তাইবঙগী শক্তি জ্ঞান

## কংলা শাগী চীরক্তা - ১১৬

কনানা পীবীগনি মতমসিদা ।

লাও মরূপ ঙসিসু মহৌশাগুম
চিক্লবা অহিংগী মমৈবাইসিদা
য়েনখোং অহানবগী
অহানবা মীকপ থোকলকপা
অশেংবা, অচিকপা, অথিংবা লৈত্রবা
মকা লাম্বা পূক্লিং ব্রাখল
ইথক ইপোম হৌরকই
অয়ুক নুংথিন্দা চরাংননা
উখি-তাখিবা খনখিবশিং
লাংদোন শম্না পাইরকই
পূক্লিং লৈকোল তম্না
ত্রোই ত্রোই লানমৈ থানবী
ফুৎ মুৎখি স্বাই মাঙখি
ঐগী নুংশিবীনা য়াওল্লকপদা ।

য়েৎলররোই, ওৎলররোই অমুক হন্না
চিক্লবা অহিংগী মমৈবাইসিদা
ত্রোই ত্রোই লানমৈ থানবী
লাংদোন শম্না পাইরক্লো
অহিংগী চিক্লবা কনা খঙদ্রবা মতমসিদা
ঐগী পুক্লিংগী লৈকোন্দা
ব্রাখলগী নীংথিরবা তময়াদা
ননিং তম্না শান্নজরো
অপাম্বা লৈরাং হেক্কুনা
থারুরশি অশেংবা চারশিং

## কংলা শাগী চীরক্তা - ১১৭

খল্ল খল্লগা
পুক্লিংনা খোয়দাবা
ওইহল্লসি মপূং মরৈ ফারবা
বিশ্বপ্রেমগী পামেল্লশিং
তাইবঙদা শান্তি পুরক্কবা
অদুগা ইশিনবীয়ু, খোংচীনবীয়ু
মরূপ নহাক্না
মতম চুপ্পগী লেংদনা লৈহৌনবা
ফংঙমদনা ফংবা দৃশ্যসি
অঙৌবা চেবাংগী মথক্তা
অমুবা কালীনা
সনাগী মথক্তা তন্ফানা থিনবগুম
হে মরূপ কলম
ইনুং সোরা তৈরক্লিঙৈ । □

# শাপ ফংলবী মনিপুর

হৌখিবা মতমদা
করম্বা মরাল লওজখিবা
ইমা নংগী নরাইবক
কয়াগী মতিক থীরবা ?
ওসিনা করি ওইরবা ?
শনিগী করম্বা মীৎয়েংনা
মৈথোকপী লমদমসে
মৈমুৎপা জগানি
সনা লৈবাক
মিশি লৈবাক
মণিনা চাইবগুম
লুরেনসু কেল্লি
নুংশি হৈতনা হাৎন শুনরি
ইমা মনিপুরগী মচাশিং
খুৎলাইনা লাকশিনবা ওন্নক্রবা
মীনা মীবু লাকশিল্লি ।

হূইনাও মচা চিক্রবগুম
ইখেং তানা চিক্রহল্লি
লুশম লুশম পায়রগা
মচিন মচিন শুজিন্নদুনা
গোরা সাহেব, কালা সাহেব

খেন্নবনা মচুনি
মান্নবনা পুকচেল্সনি
চিংদনা অমা খলহল্লি
তমদনা অমা হায়জিল্লি
মান্নবগী লীপুন শাগৎলক্তনবা
দিবাইদ-এগু-রুল শিজিন্নদুনা।

ইমাগী অথৌবা মচাশা
খুজেং পালোয়ননা
খুন্নিং খুস্মাং খোত্তুনা
মতম মতমগী ওইবা
ভাগীরথী গঙ্গাবু
লমদমসিদা চেলহনসি
অতৎ অথম লৈতনা
পাপ কোক্কবা ইমাগী
শাপ ফংলবী মণিপুর। □

## কাউন্তর ইন্সরজেন্সি

নীংবা থুংদবা, পেন্নরক্তবা
শাউনরকই, খৎনরকই
ইমুং অমত্তগী, লৈবাক অমত্তগী
লৈমিন্নবা মশেল ওইরবসু
হিংনবগী লানফমদা
মায়থীরবা লান্মী ওইনা
মীথা পোন্না হিংনিংদবনা
অঙম তান্নে অমগা অমগা
অমনা ফোংনা মপু শাই
অমনা মীরোং ওইনা ।

থন্মোয় শোক্না
লাউনৈ খোংনৈ মায়গৈ খুদিংদগী
অহকপা, অহৈবা
ঋাহৈ ঋাতা শিজিন্নদুনা
তাবদা অকি তুজুং ফাওবা
মথংদা পাইখৎনৈ খুজু খুৎলাই
প্রজাগী মরলনা লৈবা
হূরাল লান্না লানফমগীদমক
মানা মানা হৈজবী
অঙম্বা উপায় শিজিন্নে
প্রজানা ময়ায়দা থন্নগা

## কংলা শাগী চীরক্তা - ১২১

প্রজাগীদমক্কি হায়দুনা
মীচম প্রজা ওসিদি
চুঙ্গোই ওইনা শিজিন্নে
লালহৌলুপ, সিফাই অনিমক্কা।

মহাভারতকী কল্লবা লানফমদা
সিখন্দিনা চুঙ্গোই ওইবগুম
মায়থীবা পীনবা
গঙ্গাপুত্র পিতামাহ ভীস্ম।

প্রজানা লাউজৈ থম্মোয় শোক্কা
মীচম ফাবীগনু
মীচম হাৎপীগনু
মীরক্তা নোংমৈ কাপশিনগনু
বোম লংশিনবীগনু, বোম ফুমবীগনু
শামু মথুন্দা উরোংনা হাইবগুম
মখোয় অনিগী মফমদা
নহারোল বোম ফুস্মী
সিফাইনসু বোম ফুস্মী।

নহারোলনা সিফাই শাই
সিফাইনসু নহারোল শাই
তৌশিন্নে নহারোলনা প্রজাগী মতেং
মতেং পাংশিন্নে সিফাইনা প্রজাগী
অফসফা মখা চৎথে অমুকসু
খোয়দাবদি য়াওদে অমত্তসু প্রজানা।

কংলা শাগী চীরক্তা-১২২

পুকচেল শেংবা ৱাংপনা
নুং অনিগী মরক্তা হা ওই
হা উরোক !
মাওসু লাং, নিংসু তেন
খুদিংমক কাউন্তর ইন্সরজেন্সি ওাক্তনি
লালহৌবনা লাকহৎলবা লমদমসিদা
মীকপ থোক্লবা প্রজাশিং । □

## ক্বিত নোটিশ

খুনুনা মথোংদা চাউবগুম
পীনিংবা মতমদা পীরকই
ক্বিত নোতিশ
মপানা থনম্বা সম্বদৌনা । ☐

## নুপীদা অহেনবা শক্তি পীদ্রিঙৈ

নুপীসু মীনি নুপাগুম্বা
শক্তিবু লান্না শিজিন্নবা হৈবা
নুপীদা অহেনবা শক্তি পীদ্রিঙৈ
অথিংবা খরা হান্না থমহৌসি
লমথোই লমহেনবী ওইখিদনবা
ঐখোয়গী কলচর কলহৌনবা । ☐

## ক্রিমিনেল পোলিটিক্স

ডেমোক্রেসিগী মিংদা
অহিংসাগী গান্ধী চামগা চংপীগা
হিংসাগী নোংমৈ পায়বগা
চংমিন্নে পুন্না ভোত থোম্বা
ক্রিমিনেল পোলিটিক্সগী মতমদা
মরাই হায়গংলবা মীরেপকীদমক। □

## লমদমসিগী চংনবী

ঙারোই কারিঙৈ হঙোই চোংই
অকায়বদা ময়ি চং
অশোকপদা লাইজৌবা
মৈরিকপিদগী মৈজাওবী
ৱাথোক মচা অমদগী
লৈবাক ৱাথোক ওইহল্লি
থকসি খাসি ৱাংলবা
লমদমসিগী চংনবী। □

# মুকশন লাল্লোং, কোক্কী য়াওল

হৌমিন কামিন্নবনি
চামিন থকমিন্নবনি
পোন অমগী মনুংদা
মতমগী খোঙলৈ অকনবা
কামগী তেন্না পাল্লবদা
বিলাইতি ঙানু নিংঙোন্না
মপুগী শিম্বা পাংনবা
মৈতৈ ঙানু লাবগা য়ুমপান্না
ঙাংখরৈমগী খোইজীংদা
খুমন ঈনা পাদম্বা
অমুদোন নোংয়াই খম্বগুম
ঙানু মুকশন ফংজখি ।

লোইনাইদ্রবা শিন্দমশঙ
মপান নাইদ্রবা জগৎনি
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী
মতমগী অশেংবা গুরুনি
অনিশুদ্রবা লিকলম্না
অমত্তা ওইবগী লিচিংনি
থিদোকশি তাইবঙগী লীচৎ
খঙদোকশি মুকশনগী মচল ।

## কংলা শাগী চীরক্তা-১২৬

কার্বোনগী ভেলেন্সি মরিগা
বিষ্ণুগী পান্থোম মরিগা
মগুন্দা পাংখক ওইরক্লবদা
মুকশনগী লাল্লোং, কোক্কী য়াওল
খল্লবা মীকুপ্ত
নুংঙাইবগী ইথক ইপোম হৌরগদবা
অতেনবা মতমদা
মহে থুনা চাবা য়ারবা
লমদমসিগী অনৌবা রিভোলুসনরী থিওরি
লমদমসিগী লৈবাক লৈহাওগা চুশিন্নগদবা
মালেমগী মফম কয়াদসু পান্নরগদবা
মতমসিগী হব্রা নুংশিংকসু চান্নরগদবা ।

মরুওইবা বাথল্লোন
লমদমসিগী গান্ধীয়ান ফিলোসোফিগা
মপান লমগী মার্ক্সিস ফিলোসোফিগা ...
মচল শেল্লিবা মুকশনগী
মুকশন লাল্লোং, কোক্কী য়াওল ।

পুংদ পুং মৈতৈ পুং
মরু মনাও য়াওবা পুং
গৌড় সম্প্রদায়নসু য়েনবা
সনামহি লাইনিংলুপনসু য়েনবা
লান্ন থৌরমদসু শিজিন্নবা
লুহোং কৈহোংদসু শিজিন্নবা
মার্সেল আর্ট য়াওরবা

## কংলা শাগী চীরক্তা-১২৭

পুং চোলোম মণিপুরগী
মফম খুদিংদা পান্নবা
মালেম থুংনা ফাওরিবা
মুকশনগী মচল নত্তে হায়গেরা ?

লৈবাক্কী য়াইফনবা ৱাখলদা
থৱায় থাবা পাম্মুদনা চোংথোকলকপা
চোইজায়নরবা য়াওল্লুপশিংবু
পুনশিনবা য়াহনবা ।

কমন মিনিমম প্রোগাম শেমদুনা
কলিশন গর্ভমেন্ত শেম্বা ওমলিবা
তোঙানবা কাংলুপ মশেন মরক্তা
ইনোৎ হাপ্লিবা লৌন লৈনবগী
অপুনবা শক্তম শাগৎপদা
নুংশিরবা ইমা লৈবাকপু
অকনবা ইথিল পারিবা...
মুকশন লাল্লোং, কোক্কী য়াওল ।

নোংদোন খেৎনা ৱাংলকই
শম্বল্লেগী শেকপীন্না
গিনি বুক্কী ফম্বাক্তা
মালি লৈত্রবা লৈকোন্দা
লৈখা তানা মাংলকই
মণিপুর কৌবা সমাজনা ।

## কংলা শাগী চীরল্তা - ১২৮

মচিনা ফেংহলবা নেতাশিং
চাকহোন লম্বী মিংলকখি
পেন্দ্রবা খোঙচৎকী যাত্রিকশা
থিদোকশি মচল, খঙদোকশি মহাও
লেঙদ্রবা মুকশনগী তাইবঙদা ।

জরসি শঙ্গোম থক্লিবা
থোইবীফৌ চেঙ হাওনা চারিবা
ব্লোক্কী ফৌদি খোয়থি থিরিবা
কলিসন সরকার পাল্লিবা
লমদম্মি ঐখোয়গী লমদমসি ।

সাহিত্যগা সমাজগা
সাইন্সগা ধর্ম্মগা
অচেৎপা মরি লৈরক্লবদা
কনানা মায়পাকপা
কনানা মায়থীবা
মুকশন্না জয়বু ওইরেদো ।

রাসলীলাগী জগোইদা
ভক্তি প্রেমগী সচাদা
লাইহরাওবগী খুৎথেক্লা
অনৌবা ইনোৎপু হাপ্লিবা
পোৎলোয়গী কিন্নারনা
জগৎ পুম্নবু শুন্নিবা
মুকশনগী মচলবু নত্তবরা ?

কংলা শাগী চীরক্তা-১২৯

তপ্তাগী অনৌবা সুর
মীয়ামবু হুমদুনা পুরিবা
মুকশনগী মচল নত্তে হায়সিরা ?

যেক সলাই য়েংদুনা
জীন তেষ্ট তৌদুনা
চীংমী-তম্মী খায়দনা
ময়াং মৈতৈ থিদনা
য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাবা
পারী মমোম ফুইবদি
মরু চংবা ওইরকই ।

পম্বোইবীগী শায়ন
লাইগী শক্তি চেল্লিবী
ঙাংখ লম্পাক্তগী ফাখিবী
ঙাংখরৈমা মশান্নৌগা
খুমন অথৌবা পুরেম্বগা
য়ুমলেপ চরা তমদুনা
লৈবাক্লা শিংথানরিবা
অমুদোন নোংয়াই খম্ববু
পারি ওইনা ফংজখি...।

চীংমী নিঙোল, তমগী ওজা
ময়োফিগী মচাগুম
জাহ্নবী গঙ্গা, সান্তনু নিংথৌ অনিগী
লাইগুন্নবা মচা পিতামহ ভীস্ম

## কংলা শাগী চীরক্তা-১৩০

পারাসর মুনিগী মচা
জগৎ গুরু বেদব্যাস
অদুবু, অকোনবদা
শান্তনু অমদি সৈত্যবতি অনিগী
ফংজখিবা মচাশিং
কয়া য়ৌবা ওইখিদে
মুকশন মাগী মগুন্দি ।

নাগা মচি লোংবরা
কুকি মমৈ পানবরা
মৈতৈনা করম্না ওইরকপা
মৈহৌরোল ৱারীবু কাউবরা ।

চাক্তিন্নবা লায়বনি
মোনদিন্নবা লুবনি
ফিজেৎ চাকচা খরনা
শাগে ওইবা য়ারোইদা
জাতি শেন্বা লুগনি
লৈবাক ৱাথোক ওইগনি
মুকশনগী লাম্লোং, কোক্কী য়াওলনা
তাইবঙদা শান্তি পুরকসি । □

# হুন্দোরকপা শক্তি

মীচা শিসনু খল্লগা
ইচা শিবনি
মীগী মাঙনবা খল্লগা
মশা মাঙবনা হেল্লকই ।

ধর্ম্ম কায়রুবনা
লৈখা তারকই
ধর্ম্ম কায়দবনা
চাওখৎপা নুংঙাইবা ওইরকই ।

মীগী ফনবা খনবনা
মশাগী অফবা ওইরকই
লাইদা কৎচবা নীংজবা শোনজবা
লাইনা কৈদৌনুংদা চাওখৎলক্তে
অহোইনদুম চাওখৎচবনি, নুংঙাইজবনি
মী মহাক্তুনা ।

ইপা ইপুগী পাওরৌ ময়ামসে
সাইন্সগা ধর্ম্মগা লৈনবা মরীদা
হায়নিংই খুদিংমক
হুন্দোরকপা শক্তিনা থোকহনবনি ।

নুরা তেমশীংনবী মহাক্কী

অঙকপা-অখাংকনবা, কখোকপগী
লংখৎলকপা আত্মাগী শক্তিনা
মীকপ থোকহল্লে ঙসিদি
লৈবাক্কী মপী-মপাশিং
ময়েক শেংনা উহল্লে
মীওইবগী হকপু খোঙ্গাওনরিবা
মীগী মমল খঙদনা
হাৎনিংবা মওংদা হাৎলিবা লমদমসিগী।

উহনবা ঙমলে মালেমদসু
লমদমসিগী হাৎন-শুনরিবা
মীওৎ-মীনৈ ময়ামসে
ওইররোই মথংদা অমুক হন্না
খোংদাই শেৎপী ইমা মণিপুর। □

# ঐখোয়সু মীনি নখোয়গুম্বা

ইষন লৈতে চীদেক লৈ
ইনাই লৈতে শংনু লৈ
ইরৌ লৈতে খোইদুম লৈ
অকা অকুম লাইবক্তা
অব্বা-নুংঙাই পুন্সিদা
ইথৌ পাংলিবা ঐনি
ঐখোয়সু মীনি নখোয়গুম্বা । □

## চায়াম পোকপী ইমা

চায়াম পোকপী ইমা ভারত ভুমি
নহালমুক্কী মপোক্তা
করন্বা কর্ম্ম তৌজখিবনা
হন্দকমুক্কী মপোক্তা
অৱাং নোংপোক ভারতকী চিদায়দা
ইমা নংগী নতম্বাক্তা
নুংঙাইনা হিংজবা ঙম্লিবা ।

ওইজরবসু চায়াম পোকপী
করি ৱাৎলি ইমাগী
মালেম্মা শোন্নরি ইমাবু
সনাগী য়েরুম কোকপী য়েনবী ।

নহাক্কী নিংথীজরবা পরম পরা
অধ্যাত্মীক্কী অৱাংবা ৱাখল্লোনশিং
মীওইবা খুন্নাইনা পাম্নরি ।

কোক্তনা হিমালয়না লুহুপ ওইবী
খোঙদনা সমুদ্রনা থৌগল তৌবী
অশংবা মহৈ-মরোং চুন্নবা
পাক-চাওরবা লৈতেম মান্নবা তম্পাকশিং

কংলা শাগী চীরক্তা-১৩৫

শংবান্নরবা চীংশাং পরেং
উন্না কুপ্না চীংদোলশিং
কয়াগী মতিক ফজরিবা
পূক্লিং হূনবগী মশক্কি ।

গঙ্গা, ব্রহ্মপুত্র, নর্মদা, তাপ্তি
ঈচেল লেপ্তি ঙসিসু
ইমাগী শিংলী-নাওরী ওইদুনা ।

অকল-অথৌ, মুণী-ঋষি
মহাপুরুষ কয়াগী পোক্নফম্নি
চায়োক চাগোন হৈবী
জাৎ কয়াগী নচাশিংবু
অচান-মীরায় নাইদবী
মালেম্মা নঙবু শোন্নরি ।

লৈকোন অমদা শাৎপা
মখল মথেলগী লৈরাংগুম
জাৎ, কুচ্, ধর্ম্মদা খেন্নবা
তোঙান তোঙানবা নচাশিংগী
অপাম-পামদ ব্রাকৎসু খেন্নৈ
কনা অমনা চাকথুং ফিথুংদবগী
কনা অমনা তোখায় তানিংবগী
পুবা থাংবা ঙমদবা ব্রাকৎসু কয়ানি ।

ৱারকপীয়ু ইমা লমথোই লমহেনবশিং
য়েংশিনবীয়ু তুশোন-মানশোন্নরবশিংবু
জ্ঞান তাহনবীয়ু তোখায় তানিংবশিং
তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফাবগুম ।

অদুগা শিনবীয়ু ইমা
ইচিন-ইনাও ময়ামসি
পুকখা-লিনখা থাদনা
পুন্না হিংমিন্নবা ঙম্মবা ।

অরোইবদা অসিমসু হায়জরি
মালেম থুংনা চংহনবীয়ু নচাশিংবু
মরূপ শান্নবসু ফংহনবীয়ু
ইচিন-ইনাও ওইবগী ৱাখন্দা
মালেমদা শান্তি পুরক্লবা।

অশেংবা থম্মোয়গা লোয়ননা
নচা কয়ানা বলিদান কত্তুনা
ফংজরকপা ইমাগী নীংতম্বা
শাগৎচরকপা অপূনবা শক্তম
ঙাকচগে থৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা
হে ইমা, চায়াম পোকপী, ভারত ভূমী ।□

...মীওইবগী পুন্সি অসি অকিবা অমদি খুদোংথিবনা পীক থল্লি। অসিগুম্বা অকিবা অমদি খুদোংথিবা কয়ানা লাঙ্গোয় চনবনা, হৌজিক হিংলিবা মীরোন্না মপান্থোংগী নিং-তম্বা লৈদুনসু, মনুংগী, ইশাগী অমদি সমাজগী নিং-তম্বা অদুদি খক ফংদে। মদুগী নিং-তম্বা অদু মতম পূন্নমক্তা তাল্লি অদুবু ফংবদি লৈতে। মসি কবি অসিগী থম্মোয়নুংদা অমদি মহাক্কী লাইরিক্কী চেনাশিংদা মিকা ফোঙনা চেল্লিবা ঈচেন্নি ...